# চঙজফম

(ড্রামা অহুম পূনবা)

অইবা

মুতুৱা তোম্বা



এল.দি.এম.আর্টস, সেন্টর
ইম্ফাল




**CHANGJAPHAM**

*(A collection of three Drama by* **Mutua Tomba***)*

অফোঙবী : এম. ষন্ধ্যারানি (অইবগী মচানুপী, ৱাইখোম ওংবী)
শিংজমৈ ৱাইখোম লৈকায়, ইম্ফাল

তেঙবাংবী : এম. সান্তা (ইমেচা)

খুৎনম : অহানবা, ইং ২০০৮ (সেপ্টেম্বর)

কোপী মশীং : ১০০০ (লীশিং অমা)

হক : অইবগী

মখূম : থোঙ্গ্রাম দেবীৎ (সনাথোই) অইবগী মশুনুপা
শিংজমৈ ৱাইখোম লৈকায়, ইম্ফাল

মমল : লুপা ১৫০/



নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

হৌজিক মণিপুরদা ফম্বাক লীলাগী চেল্লিবা ঈচেল অসি অনী থোক্লি। মণিপুরদা ফম্বাক লীলা হৌরকপদগী চৎনরকপা ফুল লেংথ প্লেগী পরমপরাদা মথং মথং চাওখৎলকপা মওং অমা অদুগা অমনা খৃ: ১৯৭০ অদুৱাইদ্গী অকনবা ঈহৌ অমগা লোয়ননা লাকখিবা লীলামচাগী কাঙলুপ অসিগনি। হৌজিক অরুবা ফিভমদা ৱানা হিংলিবা লীলা অসি ফুল লেংথ প্লেগী পরমপরাদা চৎথরকপা লীলাগী মওং অসিনি। দিকেড খরগী মমাঙদদি য়াওশঙনচিংবা কুম্মৈ-ফিয়োংগা মরী লৈননা লৈকায়-লৈকায়দা কৌদুনা ড্রামা অসি য়াম্না পাম্না য়েংনরমই। অদুবু হৌজিক্তী ফিলম, টি.ভি. অমদি কেবল নেটৱার্ক প্রোগ্রাম কয়া লাকপদ্গী ভাবক অয়াম্বা ড্রামাদি মমায় লৈথোক্লক্লে। ড্রামাদা তশেংনা থৱাই য়াওরবা মহৈ-মশিং হৈরবা মীওইশিংসু পৃথিবীগী হোংলক্লিবা য়াওলদা য়াওশিনবা ঙম্নবা হোৎনবদা হান্নদগী চৎনরক্লিবা লীলাগী পরিংদ্গী লাপ্লা চৎখ্রে। ফিভম অসিদা অফবা ড্রামাগী অইবা স্কৃপ য়োকখৎকদবা লম্বী কদায়দনো? মরম কয়া অসিদগী মণিপুরদা লীলা ইবা অইবগী মশীং য়াম্না তাঙই। লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা অইবগী মশীংনা অমুক্কা হেন্না ৱাৎলি। লৈবাক্লা শকখঙলবা অইবা মশীংদি খৃৎ থেক্তুনা মশীং থীবা য়ারি। অসিগুম্বা মতমসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী অৱাৎপা কয়াসি মেনশিন্নবগীদমক মুতুৱা তোম্বনা লীলা ইবা অমা ওইনা চোংথোরকপসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। মহাক নৌনা থোরকপা অইবা অমা নৎতে লোয়ননা সাহিত্যগী এক্তিভিষ্ট অমসুনি। এল.দি.এম.আর্টস সেন্টর মণিপুর লিংখৎতুনা 'মণিপুর কলচর' চেফোঙ পুথোকপা, ওল ইন্দিয়া রেডিও (এপ্রুভ) রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল লিংখৎপা অমদি অতৈ সাহিত্যগী সংস্থানশিংদা লাইফ মেম্বরনচিংবা ওইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌরক্লি। অইবা অসিগী লাইরিকশিং উপন্যাস ১, ঈশৈ ৩, ৱারীমচা ১, শৈরেং ২, ড্রামা ৮ পূন্না লাইরিক ১৫ ফোঙখ্রে। হন্দক ফোঙলিবা অইবগী লীলা অসি

অইবগী মাপলশুবা ড্রামা লাইরিকনি। অদুগা অপূনবদা ১৬ শুবা লাইরিকনি। মণিপুরগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিবু চাওখৎনবা হোৎনরিবা মহাক্কী দান অসিবু কাউবা ঙমলোই।

হন্দক ফোঙলিবা লাইরিক অসিদা পূন্না লীলা অহুম য়াওরি। অহানবগী 'চঙজফম' হায়না মিংথোনবা, মতাং মাপল থোক্লা খায়দোকপা লীলা অসিনা ইমূং-মনুংগী ওইবা থৌদোক্তা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা মীওইবগী (মচিল-মনাউ ওইবগী) নুংশিনবা, ফজবা ফিদমবু উৎনবা হোৎনবা ড্রামানি। মণিপুরী ড্রামাগী ঈচেলদা অনৌবা মহাও অমা পীবমক নৎত্রবসু মপূং ফাবা, ফজবা লীলা অমদি ওইরি। চরিত্রশিংবু অইবগী খূৎতগী নাম্থোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রিবা, ড্রামাটিক আইরোনি। অনীশুবগী লীলা 'হৈবোঙ মনুংগী তীল' হায়বা অসিমদি মণিপুরদা খৃ: ১৯৭০ অদুৱাইদগী কন্না চত্থবা হৌরক্লিবা লীলামচাগী কাঙলুপ্তা চনবা য়াবা সিম্বোলিক ওইবা মওংগী লীলানি। ঙসি চাওখৎলবনি হায়না লৈরিবা মালেমসিগী শক্তি পায়বা মীওই কাঙলুপশিং অসিনা মশাগী শক্তি হেক লৈরকপদা মালেম অসিগী থৱাইপানবা খুদিংমকপু মাগী মখাপোন্না থম্লবা হোৎনরকই। অদুগুম্বা লীচৎ অমদি নাপল অদু মাঙহনবা পাম্বা অইবগী ৱাখল্লোন লীলাসিদা উৎলি। অহুমশুবগী 'মপাদি হল্লকখিদ্রে' হায়বা ড্রামা অসি রেডিওগীদমক অখন্ননা ইবা অতেনবা লীলানি। মোরেল য়াওশিল্লক্ত্রবা সমাজ অসিগী শক্তম অমা য়েক্লবা হোৎনরি। যূম্বানববু তরাইনা লৌবা, নুপীবু শান্নপোৎকুম খনবা নুপাগী মশীং ঙসিগী সমাজ অসিদা য়ামনা লৈ। মখোয়গী অমোৎপা লীচৎপু উৎপা লীলানি।

অইবগী হন্দক ফোঙলিবা ড্রামাশিং অসি পাবা য়াবা, মায় পাক্লা শান্নখ্রবা ঙাক্তনি। হেন্না ফবা, মণিপুরগী ড্রামাগী ঈচেলদা তোমথিন ওইগদবা অনৌবা খূৎই অমা অইবদগী আশা তৌই। মদুগীদমক হোরাস (Horace) না Ars Poetica দা হায়রম্বা ৱাফম অমত্তংদি নীংশিংবা পামই -

**"দ সেক্রেট ওফ ওল গুড রাইটিং ইজ সাউণ্ড জজমেন্ট"**

**ডা. অথোকপম খোলচন্দ্র**

# ৱামাঙ য়ানবা

শ্রী মুতুৱা তোম্বগী ড্রামা লাইরিক "চঙজফম" মথোঙ মান্নদবা, মহাও খেন্নবা লীলা অহুম পূনশিল্লগা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তল্লকপা অইবগী অনৌবা লাইরিকনি। অইবনা ফোঙদোকলিবা লাইরিকশিং অসিনা "মহাক কনানো" হায়বদি ময়েক শেংনা অদুম্মক তাকচরে, মদুদি মহাক সাহিত্যগী লম খুদিংমক্তা মশাগী দান লৈরবা মপুঙ ফারবা মণিপুরী সাহিত্য সেবারী অমনি। হেন্না পঞ্জনীংলিবদি মহাক্না ইজরুবা লাইরিক খুদিংমক ফোঙদোক্কুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা হাপচিঞ্জদুনা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইহনবসিনি।

মণিপুরী সাহিত্যদা লীলা ড্রামাগী মফম লৈবনিনা শকওং শাদা মান্নবা অতেনবা লীলা ড্রামাশিংগীসু ফিদা মচী অমদি অদুম্মক লৈগনি। অসিগুম্বা মফম অমা লৈবা তারবদি অইবা অমদি অফোঙবা মীওইশিংগী তঙাইফদবা লৈ। অসিগুম্বা মখলগী পোথোক্না য়াল্লবা মতমদা মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মগুণ অমসু লৈজরক্কদবনি। হৌজিকফাওবদা অসিগুম্বা মখলগী লীলাশিং লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্কুনা খরামখৈদি লৈরে অদুবু খূৎ থেকপা য়ানা লৈরি। অদুনা অইবা অমদি অফোঙবা কয়াগী মথৌ তারি। অমরোমদা হৌজিক হৌজিক চত্থরক্লিবা থিয়েটরগী খোঙচৎসিদা য়েংশি - থাইনগী (চহী খরগী মমাঙ) মতম শাংনা পূং ৩ (অহুম) দগী হেন্না শান্নরম্বা লীলাগী মওংদু লোইখ্রে, শাংলবদা পূং ২ (অনী) দগী হেন্না শান্নরক্রে। মহৌশাগী মতম লেপ্পোকপা, ঙাইহাক নুংঙাইথোকপা হায়বা মওংদুদগী হোংদোক্কুনা মীয়ামবু মতম শাংনা মাঙহন্দনা ঙাইহাক পোত্থাহনবগা লোয়ননা মীয়ামদা করিগুম্বা অমগী পাউজেল পীবা নৎত্রগা করিগুম্বা খরা খঙহনবগী পান্দমদা লীলাশিং পুথোক্ল রক্লে। সরকারগী লোইশঙ খরা অমসুং মরী লৈনবশিংনসু করিগুম্বা হীরম অমদা জ্ঞান তাহন্নবা মওংদা লীলা উৎপা কাঙবুশিংগা খূৎশম্নদুনা মীয়ামদা হকথেংননা খঙহল্লি। মীয়ামদা পাউজেল পীবা, পারা ওইবা য়াবা লীলা কয়া ইবগী তঙাইফদবা

লৈ। লীলা ইবা মীগী মশীং য়ামদবনা থিয়েটর দিরেক্টরশিংসু লীলা পুথোক্লমদায়দা অৱাবা অদুম মায়োক্লরি। অদুনা হৌজিক লমদমসিদা অসিগুম্বা মখলগী লীলা ইবা মীওই কয়া থোক্লকপা মথৌ তাই-শোয়দনসু থোক্লক্কনি। লীলাগী মশীংনবু য়াম্লক্লবদি অফবা মরু চঙবা লীলা শোয়দনা য়াওফম থোকপনি।

শ্রী মুতুৱা তোম্বনা অসিগুম্বা মখলগী লীলা লাইরিক অমা ফোঙগনি হায়বসিদা লীলা তৌজরিবা ঐখোয়গী থম্মোয়দা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবা ফাওজে। মতুঙদা হেন্না ফজবা মরু চঙবা লীলা কয়া ইবীদুনা ফোঙবীরকখিনি হায়বগী থাজবদু শ্রী মুতুৱা তোম্বদা থমজরি।

ঈশ্বরনা থৌজানবীবা ওইসনু।

তাং ২২/৪/২০০৮ ইং

শ্রী সিঙহাজিৎ শর্ম্মা
কোংবা নাম্দেবম লৈকায়, ইম্ফাল।

T
ণী

MAN

# ৱাহৌদোক

ড্রামাদি সমাজগী মিংশেলনি হায়নৈ, মসিমক্না মীওইবগী পুন্সিসি ড্রামানি হায়নদুনা চাংদম্নরিবনি। নাকল অমরোমদসু লমদমসিগী ড্রামাদি হিংলিবা পুন্সি মরেলগী মশক কয়াদা শাদোংদুনা, শেমগত্তুনা লমদমসিগী পুন্সিরোলবু উথোকপা শক্তমসিগী মীৎয়েংখক্তনি। অমুকসু মাঙলমচত্তা থোকখ্রবা ইতিহাসকী ৱারীশিং নৎত্রেগা ভাবনা চীনবুঙ ৱারী ওইনা লৈবা মশকশিংবু অমুক হন্না পুথোক্তুনা শান্নবা অসিখক্তগী পরিংদা লৈবা মশক্নী। লমসিদা চঙশিল্লিবশিংনা নৈনবা নৎত্রগা হেন্না অনৌবা টেকনীক শীজিন্নদুনা মখল মথেলগী খৃথা চত্থরকপসিনা অনৌবগী, অহোংবা, অওনবগী চাংয়েং অমনি। মসিমক্না দিরেক্টর অফ-অফবা কয়া থোরকপসিনা অইবশিংদা মখল মথেলগী খৃৎই পুথোক্লনবগী মচাক অমসু পিদবা নত্তে, থোকসু থোরকইবনি। অদুবু ড্রামা হায়বা পোৎশক অসিগী পরিংদা লাকপা তারগদি ইহোং হোংবা ঙমদবা মশক অদুম্মদি লৈরি।

চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা থোক্লীবা থৌদোক ৱাথোক কয়াশিং অসিগা, লমদমসিগী পুন্সি খৃৎহিংদা থেংনরিবা সমস্যাশিং অসিগা য়েৎশিন্নদুনা অপূনবা মীৎয়েং ওইরকপা মতমদুদদি, শক্লোন লৌনা ড্রামাগী যৃন্ফমসু মায়য়োন লোংলকই, ড্রামাগী মশক লৃরপ লাকই, মখলসু লেপ্লকই। হৌজিকসু হোল লৈজরবা সংস্থানশিংদা শান্নরিবা ড্রামাশিংনা পরিং অমনি, হোল লৈত্রিবা সংস্থান খরনা শান্নরিবনা মোর্দন থিয়েটরগী অয়৷বী থাক্তা ৱারী কয়া পুথোক্তুনা মীয়ামদা নৈনহল্লিবা মশকশিংনি। অসিগুম্বগী তাঙ্কক অমা য়ৌরক্লবা মতমসিদা ড্রামাবু পামজবশিংনা, খৃৎ থারিবশিংনা মরক মরক্তসু লমদমসিগী ইমৃং মনুংদা থোকইবা থৌদোক্তা যৃন্ফম ওইরবা খরদং উথোক্তুনা মীয়ামদা মীওইবগী লমচৎ খরদং চুমথোক্লনবগী অচৌবা ৱাখল্লোন থম্বসু চুম্মী, চৎনবী লোনচৎ, খুনাই অমদি সমাজগী মশক মাংনা চৎখিগদৌবদুদি থিংহৌবা তাই, ড্রামানা খুনাই অমগী পল ঙাকহৌবা তাই, মীৎয়েং সোমদনি অইবনা চঙশিঞ্জরিবদি!

ড্রামা অমদি থিয়েটর য়াম্না ব্বাংনা লৈখ্রবসু খোঙজেলদি তপথরে, তপথরক্লীবসি য়াংখৎহনবগী মথৌসু ঙসিদি ওইরে। ঙসি পুথোকচরিবা ড্রামা অহুম পূনবা লাইরিক অসি মীয়ামদা শীন্নজরবনি, অপাবশিংনা নৈনবীদুনা থম্বীরকপা ব্বাখল্লোন পূম্নমক্তু অইবনা তরাম্না ওকচগনি।

অরোইবদা লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীরিবা লময়ানবা প্রেসকী মেনেজর, ইকায় খুম্নজরবা টি. মঙ্গী অমদি ইনাউ ইবুংঙো ক্ষেত্রিময়ুম ওমোরজিৎনা হোৎনবীখিবা পূম্নমকপু শীংঙল্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরবনি।

অইবা

1
T
ন

MANI



ঐগী নুংশিজরবা ইশেননুপা,

নোঙ্গাখ্রবা **মোইরাংথেম প্রিয়োবর্টদা** কৎচবা

(পোকপা খৃষ্ট কুম ১৯৬৫, লৈখিদবা খৃষ্ট কুম ১৯৯৬ ইং)

মী হায়বসে ঐ থাজবা লৈতে, মরমদি চীনগা খূৎকা মান্নগন্দে। ঐনা থাজগদবা মীদুদি তোঙাল্লি।

পন্সি হায়বসি শক্লোন্নী, শক্লোন্দুদা মশক নায়হন্নবা ইশা ইশানা থাংজিঞ্জবনি।

MANI

## ড্রামা য়াওফমশিং

ড্রামা মীকোকশিং

| নুপাদা | | চহী |
|---|---|---|
| ১) | চাউবা (শোয়নাইরবা, ময়াম্বা অহল) | ৪৫ |
| ২) | খোমদোন (মনাউ য়াইমা, উকিল) | ৩৮ |
| ৩) | তোম্বা (অতোনবা, ঈশৈ তৌবা) | ৩৩ |
| ৪) | তোমপোক (ৱানোম্বা মী) | ৫৫ |
| ৫) | বাবু (থম্বালগী মবুং, থবক তৌবা) | ৪২ |
| ৬) | থোইথোই (থম্বালগী মচানুপা) | ১১ |
| ৭) | ঐঙ্গা (হোতেল ফম্বা মী) | ৫৯ |
| ৮) | মণি (লৈকায়গী মী, তোম্বগী মমান্নবা) | ৩৩ |

নুপীদা

| | | |
|---|---|---|
| ১) | থম্বাল (খোমদোনগী নুপী অহল) | ৩৬ |
| ২) | পিশকতোম্বী (খোমদোনগী নুপী অতোম্বী) | ৪০ |
| ৩) | সমা (থম্বালগী মন্দোমচা) | ৬২ |
| ৪) | হেমা (বাবুগা খণ্ডনবা নুপী) | ৩৮ |

অইবা : মুতুৱা তোম্বা
দিরেক্টর : বীরজিৎ ঙাংঙোম্বা
শান্নখিবা : এল.দি.এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফালগী আর্টিসশিং

MANI

# অহানবা মতাং

মফমঃ চাউবগী যুম

মতমঃ অয়ূক

(খোমদোন ওফিস চৎকদবগী মফি মরোল শেৎলি, চাউবা চঙলক্তুনা হায়রকই)

চাউবা : খোমদোন নহাক মুন্না খল্লু, থম্বালবু যুমসিদা পূশিন্দুনা নীংথিজনা লৈমিন্নহন্নীংই।

খোমদোন : তাচৌ, ঐ মাবু লৌশিনবা হায়বসে পামদ্রে। ঐবু মবুং অদুগী মমাঙদা ইজ্জৎ য়োল্লবনীনা য়োল্লবগী মতিক য়োঞ্জরসনু। ঈদ্বোকখ্রবনীনা ঐনা অমুক লৌরুবা হায়বসে ওইথোক্রবনি। ঐগীদি মুন্না খল্লগা হায়রবা 'মক্তনি।

চাউবা : নঙনা খল্লিবসি করিনো? থম্বালনা নঙগী নফমদা করম্না লানগদৌরিবনো। পিল্লীবা নচা অদুবু নঙনা হন্না য়েংবীদবদগী ময়ূমদা পুদুনা মতম খরা লায়েংখিবদনি। মদুদা লান্না খনখিদুনা মাবু লৌশিনবা ঙমলোই হায়রিবসি করিগীনো? নয়াম্বনদি কদাইদগী শেল থোক্তুনা অঙাং অদুবু লায়েংগনি। নঙনা মতম'দুদা, যুদা, জ্বারদা লূপ্তুনা যুমগী নুপী অঙাংনা কৈদৌরি হায়বা ফাওবা কাউথোক্তুনা লৈখ্রবনি। ইয়াম্বনা নঙোন্দা হায়রিবা অসিনি নবাই অদুগী মফমদা ঐ লানখ্রে হায়দুনা থম্বালবু লৌশিল্লু। থম্বালদি নঙগীদমক্তা খঞ্জবনি। নঙনা চৎলু হায়বদা ময়াদ্রবদি নয়াম্বনা মবুং অদুগী মফমদা হায়জরুবা তাই। (তোম্বা থোরক্তুনা)

তোম্বা : তায়াইমা, ইয়াম্বগী মফমদা হংগৎচবগী ইতিক্তি নত্তে, দুবু ইতৈমগী মওং মতৌ, লীচৎ য়েংলুরগদি ইতৈমবু ঈদ্বোকপসি য়ানিংদে। লৌশিল্লুবনা ফরোইদ্রনে? নখোঙ কোন্দুনা ননাউনা হায়জরি, ইতৈমবু যুমসিগী মৌ ওইনা লৌশিনবীয়ু মহাক লানদে, ঐদি ইতৈমবু নুংশি, ইমা শক্লা খঞ্জরিবনি।

খোমদোন : তোম্বা নতৈমদো ঐনা ঈছোক্কেনা ঈছোকখিবা নত্তে, মশাগী মরাল অমা লৈজদুনা লাকপা ঙমখিদবনি। ঙসি অমুক নৌহৌনা মাগী মরমদদি হৌদোরক্কনু। ইমুং অসিগী ভার পুম্নমক মঙোন্দা ঐনা শিন্নরিবনি। নাকল অমরোমদা ইয়াম্বা, ইনাউ অনীগী অবাং অপা ফাওবদা য়েংশিন্ননবগীদমক্তা মখুত্তা ঐনা থোকপা শেল শিন্নরিবনি। মানা করি থোক্তনা ইমুংসিদা হোৎনরিবনো। খন্দুনা য়েংউনে, মহাক্তি ঐনা কয়াম নুংঙাইনা ইমুং অসিদা থম্বগে হায়বদো! ঐখোয় লাইরৈ হায়দুনা মপাল থোকহল্লগা ইমুং পুহনবা নত্তে, ঐগী সেবাদা অদুক হাক্লা মহাক ব্রাহনবসু নত্তে, ময়ুম পাল্লবী নুপী অমা ওইবা তারবদি ইমুং অদুগী চৎনবী লোনচৎ অমদি লৈরিবা মতৈ, মনাউনুপাগী সেবাদা নত্তনা মপুরোইবগী অপাম্বা খরদি চৎফম থোকই, ঐসে মহাক্কী মপুরোইবনি, ঐনা হায়বা ইনবা তাই। মচাগী অনাবদা পাওথোক্ল রগা কুশি তৌবা, মপাম চৎনিংলগা চৎপা, লৈথোক্লীংলগা লৈথোকপা ঐদি য়ারোই। ঐসু খঙই, থম্বাল কনানো?

চাউবা : হৌখিবনা হৌখ্রে, নঙসু হায়খিবা ব্রানা অরেপ্পনি হায়বদি লাল্লি। খোঙফম খরদি হন্দোকউ, ইয়াম্বনা হায়রিবা ব্রাফমসে নাকল অনীগী মুন্না খল্লগা হায়রবনি। নখোয় অনীনা মুক্লরগা পিক্লীবা থোইথোইনা হয়েং তুংদা করি ওইহৌনি।

খোমদোন : ঐসু নুংঙাইবদি নত্তে, পুখ্রিবা অঙাংদো ঐগী ইচানি। মপা কায়নরবা মচানা করি ওইফম থোকপগেদো ঐসু খঙই। ইচা অদুবু মহাক্লা মী অমা ওইনা শেম্বা ঙম্লনি হায়দুনা পুখ্রবনিনা ঐনা মাবু লৌশিল্লুবা হায়বসিদি তৌররোই।

তোম্বা : তায়াইমা, ইতৈমবু ঈছোক্লবসু থোইথোইবুদি লৌশিন্দুনা ইমুংসিদা লৈহনবা চুম্মী। ইয়াম্বগী ব্রাহে অমতং তারগা থোইথোইবু ননাউ লৌজরুগে।

খোমদোন : নয়াম্বনা য়াখিদবা ব্রাফমদদি অমুক মখা তারক্কনু, থোইথোইনা তাচৌ অমদি নঙবু নুংশিদুনা ইমুং অসিদা মখোঙ থোংনা লাকচবা, মপা ঐঙোন্দা মাগী খরচ তাল্লকপা অদু ফাওবদি ঐ পিগনি, ইচা নত্তে হায়নদি ঈছোকলোই। থোইথোইবু ঐনা য়ুমসিদা থম্লীংদবগী মরম অমনা, মমাগী লীচৎ, থৌওং অদুনা ঐ অসিবু ব্রারৌহনস্ত্রবনি।

চাউবা : খোমদোন নঙ অমুক্তগদি খহুখো, নঙনা ঙসি ঙাঙথোকইবা ব্রাঙাং-শঙাং পূম্নমক অসি হান্নগা ইমান মান্নরক্লে। নহাক হান্নদগী য়াম্না হোংলে, নঙোন্দা কনানা করি ঈনশিল্লকখ্রবগে ?

খোমদোন : ঐ মীনা পংহায় হায়রগা লৌগদবা নুপাদো নত্তে, ঐগীসু ইশানা লেপচবা ব্রাখল অমগী মখাদা অফ-ফত্তা পূম্নমক্তু খঙজরগা হায়রকইবা ব্রাফমনি, মসিদা তাচৌনা ননাউবু লান্না লৌবীনু।

চাউবা : মীগী মমাঙদা ইমূং অসিগী ফজরবা লোনচৎপু ফিদম্নহন্দুনা ইকায় খুম্ন হন্নীংই। ইপা ইপু হাক্তগী ইমূং অসিদা লৈকায় অসিনা সন-মান তৌদুনা য়াম্না ইজ্জৎ লৈনা থম্লক্লীবা ইমূং অসি নহাক ঐহাক্কী হাক্তগা নরক তাব, মীনা চৎনরোইদবা থৌওংবু চৎপা লীচৎসি ইয়াম্বদি পামদেনে খোমদোন! নঙোন্দা ঐনা ব্রা য়াম্না ঙাঙনীংঙাইগী ব্রাফমসু লৈতে, নঙ মীরক তিল্লবা নুপা অমনি। অমুকসু আইন হায়বসি মশক মুন্না খঙলদুনা মীয়ামগী সেবাগীদমক কোর্টতা লৈরিবা মীশক অমনি, পূকচেল পিকশিন্দুনা নত্তবা ব্রাখল শাগত্তুনা নঙনা খল্লকইবা ব্রাখলসিমদি থাদোকউ।

খোমদোন : ইজ্জৎ হায়বসি মী মীদুনা চৎলিবা থৌওং-নীতি অদুমক্তা তাকচবনি।

চাউবা : ফরে, নঙনা লেপ্লীবা ফিরেপ্তু ইয়াম্বসু য়ারে। ইমূং অসিদা নুপী অমত্তা য়াওদনা নয়াম্বা ঐগা ননাউ নুপা অসিগা নঙগদনি। ইমূং অসিগী ভার পূম্নমক নহাক্তা পুরবসু, ইমূং অমগী চাক-থোংননবা, ফিজু-ফিজাম তৌননবা, ইমূং অমগী তৌফম থোকপা পূম্নমক অসি হৌজিক্তি নয়াম্বা ঐ নংত্রগা ননাউ অসিনা তৌরদ্রা? নংত্রগা নঙনা তৌগদৌরিব্রা? থম্বালনা ইমূং অসিদা মৌ অমা ওইনা লাকপদগী হোংনখিবা পূম্নমক্তি নয়াম্বা খঙই, মী অমবু মরাল হেক্তা পীশিন্দুনা ঈছোকপা হায়বসি নয়াম্বদি পামদে, লাই ওইগ্রবা ইপা ইমা অনীমক্তুনা য়াম্না পামদবা লীচৎ অসিবু নঙনা চৎলগে নীংলকইবসিবু করিগীনো হায়য়ুনে।

খোমদোন : ঐ হৌজিক্তি য়ূমসিদা অতোপ্পা নুপী অমা পুশিল্লকপা পাম্মে।

চাউবা : (ঙক্লা) খোমদোন!

খোমদোন : ননাউগীদি মসিনা ফিরেপ্পী। খনবা য়াবা খল্লবগী তূংদা লেপ্পকপা ননাউগী চপ য়ুংলবা ব্রাখলনি। মসি য়ৌরকখিবগী মরম হায়ববু মপুরোইববু থওইদনা মপাম চৎলবী নুপী অমবু ঐনা মতৌ করম্না লৌরুগদৌরিবনো, মদো ঐদি পামদে, নুপীনা মপাম চৎলবদি অফবা খক ওইনীংঙাই লৈতে।

চাউবা : নঙনা খল্লিবদুনা অচুম্বা ঙাক্তনি লৌরে, নয়াম্বনা হায়রিসে করিনো খম্বগী ব্রাফম নঙোন্দা হৌজিকসু লৈত্রি!

খোমদোন : (শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা) মসিগী ব্রাসি তোক্লসি! ননাউ কোর্ট কাব থেংলে, চৎলগে (থোকখি)।

তোম্বা : তাচৌ ব্রা অমত্তা হায়রুরনু। তায়াইমগী অনীংবদা ঐখোয় অপনবা পীরনুসি।

চাউবা : মদু য়াদে, মানা খল্লিবসি ওইথোকপা শুকয়া য়ারোই। ঐমকপু উশিং থওইদবগী ইথক্তা খুম্বা ঙল্লীবনি।

তোম্বা : (শোম্বাংনজে) ইতৈমা নঙগী নরাইবকসে ওম্বোক্লা তোল্লিদা, নোংমত্তা ইমূং অসিদা অকাইবা চৎখিদ্রবী নঙবু খোঙফম অমগীদমক নরাল পীশিন্দুনা পল অমগী মনূংদা লৈই চিংশিন্দুনা ঈম্বোক্লবী নুপী অমা হায়বদু ওইবা তারব্রনে?

চাউবা : তোম্বা, ইয়াম্বগা হৌজিকমক নতৈমগী ময়ূমদা চৎকদবনি, মবুং অদুদা হায়জরগা থোইথোই মমা মচাবু ইমূংসিদা পুরক্লবা তৌসি! (ব্রাখল নুংঙাইতবদগী লোক খুদুনা শ্বর ফুনগৎলকপা)

তোম্বা : (পাখৎনা) তাচৌ কৈদৌরগে, (ময়াম্বগী মনাক্তা চঙশিল্লগা য়েংই, মশা পায়রগা) তাচৌ নুংঙাইতবা ব্রাখল খল্লুরনু। ইমূংদা চঙলগা পোত্থারুরসি।

(তোম্বনা ময়াম্ববু হৌগৎপীরগা শমদুনা পুশিনখি।)

# অনীশুবা মতাং

মফমঃ হোতেল
মতমঃ নুংথিল

(হোতেল অমগী চপ চানা মী তিল্লি, ঙাওনবসু তাই। মরকসিদা পিশকতোম্বীসু খোমদোনবু লাকপা ঙাই, লাক্তবদুদা অমুক্কসু চা অমত্তগা পুথোরকখো হায়দুনা ওর্দর তৌই।)

পিশকতোম্বী : ঐজ্ঞা চাদু অমত্তগা পীবীবা তারে, চা থকপদা ঐসে শিব তারে। মী অমা হেক ঙাইবদা ঙাইহাকসিদা চাসি মরি শুরবনি, (মথন্তা) মফমসিদা উন্নসি হায়দুনা য়াম্না চেকশিন্না হায়নখিবনি, কৈদৌরবনো খঙদে। (পূং য়েংলগা) পূংদি নুংথিলগী অহুম তারক্কদৌরেসে! মাবু ঙসি কোর্টকী থবক অচিনবকা লৈদুনা লাকলোইদৌরিব্রা? অদুবু পূং মরি ফাওবদংদি য়েংখিগে।

(ঐজ্ঞানা চা হেক পুথোরকই, পিশকতোম্বী উবদা)

ঐজ্ঞা : ইবেম্মসিবু তোইনা উখিগুম তৌরে।

পিশকতোম্বী : ঐবু খঙবীদ্রব্রনে, ঐসে তেরা কৈথেল ময়াদগীনি। ঐনদি ঐজ্ঞাসে শক মুন্না খঙই, চহী তরামুক্কী মমাঙদা তেরা কৈথেলদা ঐজ্ঞানা চাক্কী হোতেল য়াম্না চাউনা ফম্লীঙৈদা ইনে অশংবীগা হেক হেক ঐজ্ঞাগী হোতেলদা এক্সাং লৈবা থোরকইদুদি!

ঐজ্ঞা : ও, ও! ঐ নীংশিংলকএ, নঙদি শকফম ওল্লমলে। মতম অদুদদি ফজখিবগুম তৌবনি, নখোয়গী ননে অশংবীদুদি মচা কয়া শুখ্রে।

পিশকতোম্বী : মচানুপা অহুম শুখ্রে। মাদি মরাইবক ওছোক্লা ফখ্রপোৎনি, মাম্মদো সেন্ট্রেলগী থবক তৌবনিনা রাজথান্দা অমুক তাই, অমুক্লা গব্রাদা তারে হায়দুনা মচৎলি। লম চৎপদা মখোয়দি লোইরবনি, হন্দক্তসু ইউ পিদা তারে হায়দুনা চিঠিগা থারকই। মচাশিংদুদি দিল্লিগী সেন্ট্রেল স্কুলদা তমহন্দুনা বোর্দিংদা থম্মী।

ঐজ্ঞা : থবক তৌহৌবা হায়বসিনা কয়াদা কোমগ্রবা, ঐখোয়না হিংননবগী হোৎনবদা উপাই লৈত্রদুনা হোতেলসি তৌরগা ইমূং পুননবা পহোৎ-হোৎনরি। নোংমগী খাবে চেগপ পায়রগা অফংবা খরদুনা পংপেন পেনবসিদি মী ওইবা নৎত্রে।

পিশকতোম্বী : থবক তৌবদনা মী ওইবসু নত্তেদা, ঐজ্ঞাগী হোতেলসিসু মী অতৎ অথম লৈতনা চঙলিবনিনা নোংমগী লীশিং ৭-৮ দি য়োল্লিনি, ঐজ্ঞানা খরা থোং থাকপা হৈবগা, চা তল চাক বোরাদসু নোংমদা ফনা য়াম্না য়োনবা নৎত্রনে ?

ঐজ্ঞা : য়োল্লেদনি, খায়দোকপা য়াওবসিদা পংলেম লেমপোনত্রে। ঐগী হোতেলসিদা লৈরিসি অঙাং মরি, থোং থাক্লনবগী অহূম ঐগদি নিপান্নি, ননম্মগা অতোপ্পা নুপী অমগা পূন্না ঐখোয় তরা লৈরিসে নিপানদি থা অমগী মাগী মাগী পিথোকখিবদা করিমত্তা লেমহৌদে, তৌবদবু ময়াম্না শকখঙবীবা হোতেল ওইবদুনা খরা খরা চঙলকপগী ইমূং পুজবা ঙস্নীবনি।

পিশকতোম্বী : (নোক্লপ তৌনা) ঐজ্ঞাগীসি মীনা মীৎয়েং চঙদনবা কন্থোকপা মানখ্রেদা!

ঐজ্ঞা : অদুগী নত্তে, (করিগুম্বা অমা নীংশিংলক্লগা) ঐসে চঙদবা য়াদবা অমা লৈরে ফম্মুকো, পকৌরা থাদদৌরবনি মহাও য়েংখিসিকো (ঐজ্ঞা চঙখি, পিশকতোম্বী চা থকই)।

খোমদোন : (গাড়ি মচা থৌজিল্লক্লুনা খামখিবগী মখোল তাই, চঙলকই) ঐবু ঙাইবা কয়াম কুইরে।

পিশকতোম্বী : পূং অমদগী ঐ যূমদগী থোরকপনি, হোতেলসিদা ঙাইরকপদি পূং অনী চৎলকপা মতমদৈনি।

খোমদোন : ঐজ্ঞা চাদু অমত্তগা পীবীরকখো, চাননবদি করি করি লৈগে? চাননবসু অনীখক্তা পীবীরকউ।

পিশকতোম্বী : (মরক থৎনা) করি খনবীরিবগে?

খোমদোন : ঐদি নঙবু যূমদা পুশিল্লগে চপ যূংনা খল্লবনি।

পিশকতোম্বী : শেংলবা ঝানিকো!

খোমদোন : ঐনা হায়রিসিদি শেংলবা ৱানি, ঐসু নঙ লৌননবগীদমক য়ূমগী নুপীদু চৎখিনবা মওং মওংগী চক্ তৌরেদনা, চৎসু চৎখ্রে।

পিশকতোম্বী : ইচে অদো কমদৌনদি তাম্বোকখি।

খোমদোন : মদু ৱাদু তোকখো, ঐনা হায়রিসিনি! নুপা অয়াম্বনা নুপীদা ঙাওই, নঙনা নোংমা কেস অমগীদমক ঐঙোন্দা ৱানোম্বা লাকখিবা নুমিত্তুদা ঐনা খনখিবা হায়ববু নঙগী নশক, নতৌ, সাবান-মূর্তি, ৱাঙাং-শাঙাং হেক উবদা ঐ লৈবা ঙমখিদে। ঐবু নঙনা পূমশুম শুমহৎখিবা ওইনা তৌখি। মদুনা ঐগী ৱাখল ওইজরবসু নঙনা নুংশিবগী লাংদা ইনোৎ অমা পীরকপদগী ঐ নঙোন্দসু ওনশিল্লকখিবনি। হৌজিক্তি নঙ ঐ মরী লৈনরে, চহীসু অহুম হেন্না খঙনরকলে।

পিশকতোম্বী হোয়নে।

খোমদোন : অয়াম্বা মতমদা ঐগী কোর্টকী থবক লৈখ্রগা লৈখ্রে, অতৈ মতমদি নঙগা কোয়রিবনী হায়দুনা চৎলিঙৈদা ঐগী অঙাংদো ব্রোনকাইতিসনা নাদুনা ডাক্তরদা পুখত্তবা য়াদবা মতাং অমা ওইখি। শেলসু য়ূমগী নুপীদা পীবীবা নত্তে, ঐনা থোকপা অমা খুম্লগা তলব ফংদে হায়দুনা লৈথোকপনি। ইয়াম্বা ইনাউ অনীমকসু শেল থোকপা নত্তে নঙনা খঙলিবদুনি। নঙবু থেংনরুবদগী ঐনা হোংলক্লীবা লমচৎ শাজৎ অমদি য়ূমগী নুপী অঙাংদা য়েংগদবা মীৎয়েংদগী ওন্না তৈননা চৎখ্রিবসে নঙবু য়ূমদুদা পুশিনবা য়াননবগীদমক্তনি মসি খঙউ।

পিশকতোম্বী : ঐসু খঙই, হৌজিকসু হায়জরিসিনি। ঐদি নুপী অঙাং লৈরিবা, হৌজিক হৌজিক পান্নরিবা মীদদি লৈবা ঙমলোই। মীগী মকাদা য়েৎলবসু নাইতোম ওইনা লৈবা ওইরবদি ইখোঙ থোংনা লাকচগে হায়রিদুনি।

খোমদোন : ঐনা য়েংবীদ্রবা থম্বাল মমা-মচাদো ময়ূমদা চৎখিবা থা মঙা শুরকলেদনা, হৌজিক্তি নঙ ঐগী ইনাক্তা লাকপা য়াদ্রিব্রো?

পিশকতোম্বী : ঐবু লৌনেনা লৌবীরগা মীয়াম মমাঙদা অমুক ঈছোকপীরকপা তারবদি শিখিবনা ঐদি হেন্না ফৈ।

খোমদোন : মদু খল্লুনু, ঐনা নঙবুদি থাদোক্লোইনে।

পিশকতোম্বী : ইচেগা অঙাংদুগা য়ুমদুদা অমুক হঞ্জীন্দুনা লৈরবদি!

খোমদোন : ঐনা লৌরুবা নত্তনদি কদায়দগী লাকপা ঙম্লদগে, নঙ মদুগীদমক্তা চিংনগনু ঐনা থোকপা শীনগে।

পিশকতোম্বী : ঐনা য়ুমদুদা লৈবা মতমদা করম্না পূক লুম্না ঙমগদৌরিবনো? মীগীদি মচা লৈবনীনা নোংমা লাকপা মতমদা কনানা থিংবা ঙমগনি।

খোমদোন : থম্বালনা কৈদৌনুংদা লাক্কেনা খল্লরোই, অঙাং অদুনা ঐগী য়ুমদা খরা খরা চঙজরকপদি ইয়াম্বগা ইনাউগনা লূনা তৌবদুদা লাক্কে মঙাই।

পিশকতোম্বী : (ঙহাক খল্লগা) ঐ ঙসিসে য়ুমদগীদি নঙগী ননাক্তা চৎলগে হায়না থোরক্লবনি।

খোমদোন : অশেংবা!

পিশকতোম্বী : নঙনা তকশনমনবসিদা ঙসিদি নুমিৎ ফৈ হায়দুনা থোরক্লবনি।

খোমদোন : নঙবু ঐনা শঙজরকইবসে ঐগী ওইবা ফংননবনি। নঙনা ঙসি চৎলসি হায়রকপসি ঐগীদি অশুক্কী মতিক হায়নীংঙাই লৈত্রে, য়ুম অদুদা নুপী লৈতবগী অৱাৎপা অমদি মেনশিল্লনি খনবদা পেল্লে।

পিশকতোম্বী : মতৌগদি মাল্লি! ঙসি নুংশিবীরি অসুম্মাইনা তুং-কোইনদি নুংশিবীয়ুকো।

খোমদোন : ঐসে ওহ্বোক্লা থাজদব্রা?

পিশকতোম্বী : নঙগী নবূকপুদি খঙইনে, ইতৈ ইবুংঙো ওইগদৌরিবা মহাক্লা ঐবু য়াদবনি হায়দুনা মীরাইবীরক্লবদি ঐ য়ুমদা অমুক হনবা ঙমলোইকো।

খোমদোন : চত্তা চৎলসিনে, ঐ নঙগীদমক্তা লেপ্লবনি।

পিশকতোম্বী : ঙসিদি চৎপা তারেনে।

খোমদোন : ফৈ হায়বনিনা চৎলসিনে।

পিশকতোম্বী : ঐজ্ঞাসে ঐখোয়না হায়খিবা চা, চাননবসু কৈদৌরবনো পুথোরক্রে। চৎলসি, ঐনা ঙসাই চা মরিগা চাননবা অমগা লৌখিবগী শেলসিদদি পীরমখিগে?

খোমদোন : ঐ পীরল্লগে, নঙ থোক্লল্লো! (পিশকতোম্বী থোকখি, খোমদোন্না খরা চঙশিল্লগা) ঐজ্ঞা চা মরিগা চাননবা অমগী পৈশা 'সিদা থমজরে (থল্লল্লগা থোরকই)।

- ওফ -

# অহুমশুবা মতাং

মতমঃ অয়ূক

মফমঃ বাবুগী যূম

(থোইথোই মাঙ্গোলদা চোং চোংদুনা শান্নে, থম্বাল ইমূংদগী থোরক্লগা মচাদা ঙাঙলকই)

থম্বাল : ইবুংঙো লাইরিক্তু ঙহাক্তা তৌনে ?

থোইথোই : হোয় ইমা। (থম্বালনা মাঙ্গোলদা থল্লীবা টেবল অমদি চৌক্রিদু মফম চানা চানা থম্মী। অচাই অরাক খূদিংমকসু লোইশিন খোমজিল্লি। থম্বালনা থবক্তু লোইরগা লৈথোরকপদা থোইথোইনা ফক্লাংদা করিগুম্বা অমা ইবগী মওংদা লৈরম্বদুদা অমুক্কা হায়রকই)

থম্বাল : ইবুংঙো নঙসে ওল্লোক্লা ব্রা ঙাঙনখ্রে। নহৈদুদা নবূক্লীং ইচঙ চঙদবদৌনা ঐনা ঙাঙ-শকপগা ইরৌ লৌদবসিবু করিগীনো ?

থোইথোই : ঙসি থোকপা স্কুলগী পরা মখৈদি লোইনা ফারবনি। ঙরাং মাম্মোনসু তাকপীরে, ঐনা খঙদবা মখৈদু ঐখোয়গী মাম্মোদা হং হংদুনা তাকহল্লবনি। ঐ ঙহাক্তা শান্নখিগে, ঙহাক লৈরগা অমুক তৌরগেবা !

থম্বাল : হোরেল স্কুলদগী হল্লক্লগা শান্নগদবনি। নোংমগী লাইরিক তৌবা কাউরোইদবনি, ছাত্র ওইরিবা নখোয়দি ! হৌজিক্তা কন্না হোৎনহৌবদুনা হয়েং চাউরগা নমান্নবা ময়ামদগী নঙনা মকোক থোংবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। নমান্নবা ময়ামদগী নঙনা মকোক থোংবা হায়বদু ওইনীংদ্রনে ?

থোইথোই : ওইনীংই, ঐদি অচৌবা ওফিসারগদু ওইনীংলিপোৎনি।

থম্বাল : মদু ওইননবা নঙ হোৎনগদবনি। নখোয়গী ওঝাশিংনা নঙোন্দা হেক হেক অফাওবা ওইখিবা ভারতকী মীশক অহুমগী মরমদা ৱারীগা লীবী হায়রিদুনি, অফাওবা ওইখিবা মীপুম খূদিংমক হোৎনবা কনবা

মীশক ঙাক্তনি হায়বসি কাউরোইদবনি। নখোয়গী মাম্মোনা লীবীবা ফুঙ্গা ব্বারীদসু মমা মপানা হায়বা ইনবা মচানা হীরম খূদিংমক্তগী মাঙজিন থাই হায়বদু খঙলবা নৎত্রা!

থোইথোই : উং! ইমা হিজম ইরাবোৎকী ব্বারীসু নুংশিকো।

থম্বাল : নুংশি, মরাইবক য়াম্না থীবা নুপা অমনি। ঙসিদি মাগী মরমদা মীপুম খূদিংমক্না নৈনরক্লবনি।

থোইথোই : ইমা ঐ ইমূংদা ওইনা লাইরিকসি তৌরুরগে।

থম্বাল : ঙহাক তৌথোক্লুরো, ইমা চাগা লোনবীদুনা পিথক্লদবনি। নখোয় মাম্মোনা বেকরীদগী ব্রেডকা লৈরক্লনি।

থোইথোই : ঙসিদি ঐখোয় মাম্মোদো ব্বাকিং চৎপা থোকখিবা ঐ খঙহৌদ্রে।

থম্বাল : নঙদি পুন্বা মখৈ তূম্লগা, নখোয় মাম্মোনা হৌদোক্লম্মীদুদি!

থোইথোই : হয়েংদি ঐসু ব্বাকিং চৎপা য়াওগে, ইমা নঙনা খরা হৌদোকপীরকউকো!

থম্বাল : হোয় হোয়, চৎলো লাইরিক্তু তৌথোক্লুরো।
(থোইথোই ইমূং চঙখি, থম্বাল ঙহাক লেপ্লগা ব্বাখল অমা খল্লি)

থম্বাল : ঐনা য়ূম অসিদা হল্লক্লগা লৈররিসি চুপ্লীব্রা? ইচা'সিমা য়াওরমদবা থোক্লবদি কনাদসু অয়েৎপা পীরমদনা থোকপা অমা তৌখিবা য়াবনি। ঐনা লেপ্লীবা খোঙফম অসে পনখৈ অমগী ব্বাংমদরা, করিগুম্বা ইবুং অসিনা ময়ূম মকৈ পানবা থোক্লবদি ঐনা করি ওইরকপা, পীক্লীবা ইচা 'সিদংগী খল্লগা ঐহাক হিংদবা য়াদবগী হিংবনি। (নুংঙাইতনা খল্লুবগী মমিত্তা মপি তারকই, বাবু ব্বাকিং চৎথোক্লুবদগী হঞ্জিল্লকই, মবুং উখ্রনি নীংদুনা থম্বালনা লোন্না মপি তৈথোকই, মতৌদুদা চিংনরপ তৌনা হংলকই)

বাবু : ইবেম্মা নঙবু কপ্লীব্রনে?

থম্বাল : কপ্তে তাচৌ (মপি ইরা চেল্লকপা লোন্না তৈথোক্কে তৌই) তাচৌ ঐ চা লোল্লক্লগে।

বাবু : লোল্লকও লোল্লকও। (থম্বাল ইমূংদা চঙখি, বাবুনা খবর থাদফম অদুদা য়েংই, লৈতে। থোইথোইনা ইমূংদা লাইরিক ঔরাইবগী মওংদু

তারকই ।) অয়ূক্নী পূং তরেৎ তারক্কদবা মতম অসি ফাওবদা খবরগা লাক্ত্রিবসিবু হোকরদু কৈদৌরবনো ? বীলদি নোংমত্তা চোহুবা য়ারোই, পীরমদবা নুমিৎ মশীংসু পাশিল্লক্কনি । চাং নাইরোইদবা লৈরবদি মসি হোকরসিদগী খবর লৌবসি তোকপা তারে । (চৌক্রিদা ফমথে) থোইথোই নঙ অমুক্তা লাও ।

থোইথোই : (থোরকই) মাম্মো করি হায়গে ?

বাবু : 'সে ব্রেডসে নমাদা পীরগা বটরদু খরা তৈহল্লু, নঙদি য়াম্না চাশিনগনু । হয়েংগী চাননবসু নঙগী খরা থমগদবনি । (থোইথোইনা বাবুদগী লৌই)

থোইথোই : হোয় মাম্মো । মাম্মোনা ঐগী কলর পেন্সিল লৈবীনি ঙসি হায়খিবনি, লৈরক্লব্রা ?

বাবু : হোরেল ওফিস্তগী হল্লকপদা শোয়দনা লৈবীরক্লগে ।

থোইথোই : মাম্মো ঐনা য়েকপা লাই অমা লৈ, মদো মাম্মোনা লৈরকপা কলর পেন্সিন্দুনা শংজিল্লগা য়েংহনগে, ওহ্লোক্লা ফজগদবপোৎনি ।

বাবু : গুড, দ্রোইংদা-দা নত্তে নঙনা তন্নীবা লাইরিক অদুদসু ফজনা হোৎনগদবনি । নমাদু চাদু লোইশিন্নবা তৌরো হায়রুরো ।

থোইথোই : হোয় মাম্মো । (ইমূংদা চঙশিনখি)

বাবু : (মচলগী খল্লি) ঐগী ইচলসে ওহ্লোক্লা মরাইবক থিগদৌরি । মব্রা-মপুরোইবা হায়বসিনা ভাব তাদ্রগদি নুপী হায়বসিদা কয়াদা ব্রাহল্লবনো ? ঐনা মতম খরা অঙাং অসি লায়েংনবগীদমক য়ূমসিদা মমা মচাবু থম্বনি, মাগী মবুক্তদি খায়নরবনি হায়দুনা নুপী অমা পুশি দুনা মমা-মচামকপু ঈহ্লোকপা ঙম্বসি ওহ্লোক্লা লৈবাক মচা তাখিদ্রে । (শ্বর শাংনা হোন্দোক্তুনা) মী অমগী পূকচেল হায়বসিদি মানা মানা তৌরক্লীবা লীচৎ শাজৎ অদুনা তাক্লবনি ।

থম্বাল : (থোরক্তুনা) তাচৌ চাসে ?

বাবু : কদাই (লৌই), নঙসু 'সিদা ঙহাক ফম্মু । ইবুং ব্রা'মা হায়গে ? (তপ্লা) নঙ খোমদোনগী পাউ অমা তারব্রা ?

থম্বাল : তারে।

বাবু : নঙ করি হায়নীংলি।

থম্বাল : (ঙহাক হায়বা ঙমদে) তাচৌ নচল করিসু হায়নীংঙাই লৈজদে, ঐনা যূমদুদা অমুক হঞ্জিলদুনা লৈখিদ্রনে।

বাবু : হৌজিক্তি নবুংনা হায়গদবা হায়ববু, মখোয়গী মফমদা করিগুম্বা অমত্তা তাল্লুরনু, অঙাং'সিমদি মপলনা নুংশিজবগী চঙথোক চঙশিন তৌবদুদি নঙনা থিংলুনু। নমা নচা হিংজনবগী লম্বী ইবুংনা শীনগনি। ঐনা নঙবু এল.পী. স্কুলগী ওঝা অমা ওইহন্নবা কন্না চেল্লি।

থম্বাল : তাচৌ।

বাবু : নবুং ঐ চাউনা লৈরিসিদি, নঙগী করিগুম্বা অমা হায়রকপদা ইবুংনা পাম্বোম তিংগদৌরিবনি। ইমূংসিদা লৈরিসি নমা-নচাগা ঐগদনি, নঙ নবূকচেল চাউথোক্কদবনি।

থম্বাল : নচলদি ইবুংগী মরুম থুপচবা নত্তনা কনাগী মতেং লৌরুগনি।

বাবু : ঐ খঙই, নখোয়না ফিভম তারক্তবদা শোকইবসে ঐঙোন্দসুনি! নবুংসু মীনা লাকচবা য়াদবা মী অমনি, হৌজিক্তি অতাবী অমা খঙলবনিনা নবুংনা নমা-নচা নখোয় অনীবু মখোয়দগী হেলহন্নবা হোৎনগনি। ইজ্জৎ লৈনা হিংগদবনি, লানবু লানদ্রবদি নোংমা মখোঙ থোংনা হায়জরকখিদৌরিবনি। ফরে, পূংসু তরেৎ তাখ্রে নঙ ইমূংগী থবক ইনখাঙ তৌজরুরো। (থম্বাল ইমূং চঙবা হৌই, বাবুনা মখা অমুকসু তারকই) ঐ ঙসিদি ওফিসসু খরা ঙন্না চত্তবা য়াদবা অমা লৈরে চাক্তু থোংগৎনবা তৌরগেরা, থোইথোইসু ঐনা ওফিস কাবদা পূবীগ্রগে!

থম্বাল : তাচৌ।

– ওফ

# মরিশুবা মতাং

মফমঃ চাউবগী যূম

মতমঃ অয়ূক

(চাউবা মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈ, তোম্বা থোরক্লুনা হায়রকই)

তোম্বা : তাচৌ হন্দক মরকসি ব্রাখল ইনূং নুংঙাইতনা চিন্তা তৌববু কৈদৌরবগে ?

চাউবা : ইয়াম্বগী তোম্বা নয়াম্বসে ব্রাখলদা মঙাইরে, থবক ওইনা পাঙথোকপদি অমত্তা ঙমদ্রে। ইয়াম্বনা শেল থোকলীঙৈদদি ঐগী খরচ অমদি হিদাক লাংথক্কী দরকার লৈবা খূদিংমক ইশাদনা লৈজরগা অপেনবা ওইজরম্মী। হৌজিক্তি পাঙ্গলনগা শোল্লকপা, শেঙ্থোক লম্বীনা ব্রাৎলকপগা, ইশাগী খরচতি লায়রদনা নোংমগী চাগদবা হিদাক লাংথক ফাওবা লৈজবা ঙমদ্রে। মসি খল্লুবদা নয়াম্বদি হিংনিংলক্রে।

তোম্বা : ননাউদি ইয়াম্বগী মতেং য়াম্না পাংনীংই, অদুবু অতোন অতাংনি হায়দুনা ইয়াম্বনা শেঙ্থোক লম্বী অমত্তদি তৌহনখিদে। ইয়াম্বনা ইচিল ইনাও অনীবু মোরা চৌক্রি শাদুনা লাইরিক তমহল্লকখিবা, ফক লোন্দুনা অমদি পৈয়া শিদুনা মীগা মীমান্ননবা হোৎনরকখিবা পূম্নমক্তু করম্না কাউগদৌরিবনো ? ইমা ইপানা পীক্লা হন্দোকপীরম্লবা ঐখোয়বু শেম্বা মখৈ শেম্লক্লগা ঐখোয়নদি ইয়াম্ববু য়েংশিনবা ঙমদ্রি। ননাউসু শোয়দনা শেল থোকপা থবক থিরগনি।

চাউবা : নঙগী নয়াম্বা খোমদোন অসিনা নতৈমা অতোম্বী হেক পূশিল্লকখিবা নুমিত্তগী নয়াম্বগী থা থাগী শেল খরা খরা পীরম্বসু পীখিদ্রে।

তোম্বা : ননাউসু য়েংলিবনি, ইতৈমা অসিনা ঐখোয় ইচিল ইনাউগী নুংশিনরম্বা মরী তৎহল্লক্কদৌরি। ঐখোয়গী শমপতি ইঙ্খোল অমদি লৌ ফাওবা মাগী মখূত্তা শীন্নদুনা ইমূং অসি মানা শীনবদুনি পামলিবসে !

চাউবা : তোম্বা নঙবুদি ইয়াম্বনা মতিক চানা শেম্বা ঙমহৌদ্রে, ইয়াম্বগী পাঙ্গলনা মরাই চাইথরকপনা নঙবু মী অমা ওইহনবা ঙমখিদ্রে। নয়াম্বা খোমদোনবু সরকারগী উকিল অমা ওইহন্নবা হোৎনবদা নয়াম্বগী পাঙ্গলসে অয়াম্বা শোকচিনখিবনি।

তোম্বা : তাচৌ খনবীরুবনু, ইমূংদা নীংথিনা পোত্থাবীররো। তায়াইমদা ইয়াম্বগী হিদাক লাংথক লৈননবা শেলদু খরা খরা হান্নগুম পীননবা হায়জগে। (চাউবা চঙখি, তোম্বা মথন্তা ৱাখল তৌই) মচিল মনাউ নুংশিনহনবা হায়বসি যূম অমগী মৌদদি লৈকো। অরাকপা মৌনা ফজরবদি ইমূং অমদা লৈরম্লীবা মচিল মনাউ নুংশিননা লৈননি। (নীংশিংলকপা মতৈমবু) যূমসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবা ইতৈমা নঙবু নুংদি নুংশিকো! নহাক্না মীমান্নদ্রবা ইয়াম্বা অমদি ঐবু নোংমন্তা ওইরবসু নীংশিংবীদ্রব্রনে? ইতৈমা নঙনা লম্লানবা ওইনা খল্লবসু ঐনদি ইমা শক্লবী ইতৈমা হায়না কৌজবা নত্তনা পাঙ্গল থোকপদি ঙমদ্রে (মপি তাই)। ইতৈমা নঙনা যূমসিদা লৈরিঙৈ মতমদদি ঐখোয়গী ৱা তাবিরম্মী, কনাগী মফমদসু য়েৎচফম লৈত্রবা, লাইবক থিববা, মীওই চাদ্রবা ইয়াম্ববু নোংদম্বা নঙনা করিগী শোয়নাইহনবীরম্লীবনো?

মণি : (চঙলকই) তোম্বা নঙ কৈদৌরিনো? ঈশৈ অমত্তা সুর পানসিনে।

তোম্বা : (শকফম হৃঞ্জিল্লগা) ময়েক্তো য়েংগেনে।

মণি : হারমোনিয়মদু লৌথোক্লুরোনে।

তোম্বা : মাঙ্গোলসিদা ফম্লম্মু, ঐ লৌথোক্লুরগে (ইমূংদা চঙখি)।
(মণিনা ঈশৈ ময়েক্তু ফুরিংখাওদগী লৌথোক্লগা মথন্তা অমুকসু য়েংদুনা লৈ। তোম্বনা ইমূংদগী হারমোনিয়ম পুথোক্তুনা থোরকই, ফক থাদুনা লৈরিবা মাঙ্গোল মচিদুদা মখোয়'নী ফমথরদুনা ঈশৈ ময়েক্তু য়েংই)

-ঈশৈ-

নোংদোলথক্কী থাজনা
লৈচিল মপৈলক্তা য়াতারিয়ে
শজিক থবা তুরেললনা
থাজবু ঙসিদি শুম্লীয়ে।

থৱাম্মিচাক লীশিং কয়ানা
কেকু লোত্তুনা শান্নরিয়ে
ইদু নঙবু য়েংঙুনে
নঙসু লাকউ কৌরক্লে।
পলেমগী নাউশুম্না শুম্বদা
পন্থৌগী মীনোক তমজববু
কল্লকইয়ে মখোয় ময়াম্না
ইদু নঙদি খঙদ্রিবোই।

(তোম্বনা ময়েকসি মুন্না য়েংলগা সুর থি, ঙংই। মণি তূমিন্না তাই, ঙহাক তোম্বনা হারমোনিয়মদা মেৎ মেৎলগা সুর য়েংই, অপাম্বা ফংদে)

মণি : ময়েকসিগা চান্নবা সুরদি পাম্মী।

তোম্বা : ভাই নঙগী ঈশৈ ময়েকসি অর্থ য়াম্না লৈ, তরাই তরাই সুর তৌনীংদে, য়াম্না নুংশিবা সুর অমা থিরগা পান্নীংই।

মণি : অদুনবু নঙোন্দা পালহনগে হায়দুনা লাকইবনি। নঙনা মমাঙদা পানখিবা অতে ঈশৈশিংদু অতাবা কাঙবুশিংনা ফজৈ হায়নৈ মসিসু হায়নহনসি।

পিশকতোম্বী : (হঞ্জিল্লক্লগা) হুং, ঈশৈ তৌরিবনি হায়দুনা অরৈঙৈ কদাইদগীনো ইমূংসিদা পুশিল্লক্লগা তৌরিসে ! ওম্থোক্লা ঐদি পামখিদ্রে। মসিগী ইমূংসিদা লৈরিঙৈদি ঐ ইপূম থিৎলদবনি। (চঙখি)

চাউবা : (থোক্লকই) তোম্বা!

তোম্বা : তাচৌ।

মণি : তোম্বা নঙ খুমগনু, তূমিন্না পংতা তাশিল্লু। ইতৈমসে ইমূংগী থবক্তা খরা ৱারদুনা তৌরি ওইরিনি।

চাউবা : ইয়াম্বদি ইমূংদা লৈবসে য়াম্না ৱারে, যূমসি থাদোক্তুনা চৎপু চৎনীংলে।

মণি : তোম্বা ঐসু চৎলগে, নঙনা তাঞ্জা অমা য়েংলগা পানবীরো। ঐ লৈরগা অমুক হেন্না ইশৌ লাংলক্কদবা মাল্লি, ঐ চৎলে।

তোম্বা : ফরে চৎলো, ঐ লোইশিল্লগা নখোয়দা ওইনা হয়েংসি লাক্লগে। (তোম্বনা হারমোনিয়ম ইমূংদা পুশিনখি, মণি চৎখি। চাউবা পোখাফম খণ্ডদে, ঙহাক ফম্মী ব্লাখল অমা তৌরুরগা হৌগত্তুনা চৎকে তৌই, তোম্বা থোরক্তুনা মখা তারকই) তাচৌ, ডাক্তরনা পংচৎ চৎপদু হকচাং শোক্কনি হায়রকপদুদি, তাচৌনা নুংঙাইগদবা য়েংলগা মচি অমদা পোখাদুনা লৈবনা ফগনিনে।

চাউবা : নাকোংদা তাব ব্লারবা ব্লাহে কয়াসিনা নয়াম্বগী ইথকসিদা অচৌবা পোৎলূম অমসু পীরবনি। (খোমদোন মী অমগা থবক চৎলুবগী হল্লকই)

খোমদোন : ঐ লৈহৌরে য়ৌবীরোকো! (চঙলকই)

চাউবা : খোমদোন!

খোমদোন : করি হায়গদবনো তাচৌ।

চাউবা : নহাক্কী তলব ফংলব্রা?

খোমদোন : ফংদ্রি।

চাউবা : ফংলগা ঐঙোন্দা লুপা চাম্মঙাদং পীয়ু, ঐহাক্কী হিদাক লাংথক 'খিত্তা লৈগে।

খোমদোন : ঙসি অসি ফংবা য়াই, ইহে কোর্টকী থবক অচিনবা অমা ঙসিসি লৈ। তলব লৌববু ফরক তাগদৌরিব্রা করিনো, লৌবু লৌথোক্লুরদি তাচৌগীদু পীজগে।

পিশকতোম্বী : (ইমূংদগী তারদুনা থোরকই) পৈশা অদু ঐঙোন্দসু খরা পীদবা য়াদে। ঐহাক্কী লৈ শাখিবা অদু হন্দোকহৌদ্রগদি সনা অদু মাঙবা তারে। ফনসু কুইরে, ফনা নীংথিনা হায়রল্লরোই, ঐদি সনা শাবা অদুগী মমাঙদা ইকায়রবনি।

চাউবা : খোমদোন নঙগী চৎনগদবনা য়াম্লবদি পীদ্রবসু য়ারে।

পিশকতোম্বী : ইতৈগীদু মথংগীদা পীজনি, হন্দক্কী 'সিমদি লৌবা য়াবা শেলফম্বু ওইরোইদৌরিমানে।

খোমদোন : তাচৌগীদু ননাউ য়ারিমখৈ পীনবা তৌজগে, ফংবু ফংলবদি পীদবা য়াব্রা!

তোম্বা : (তূমিন্না ফল্লম্বদগী) করিমত্তা হায়দ্রবসু ইয়াম্বগীদি ঐখোয়না য়েংশিনফম থোকই।

খোমদোন : তাচৌ ঐ পীজগনি। তাঞ্জা অমা চাদ-তৌবনি। মাগী 'সিসু ফনদি কুইরবনি।

চাউবা : নখোয়গী সনাদু হন্দোক্তবা য়াদ্রে হায়রবদি হন্দোকহৌরো, ইয়াম্বদি হায়সু হায়ররোই।

তোম্বা : তাচৌনা পৈশা খরা হায়রুবদগী তৌরক্লীবনি পূন্নমকসে!

খোমদোন : তোম্বা নঙগীসিবু নয়াম্বা ঐঙোন্দা ৱারৌরিব্রনে?

তোম্বা : তায়াইমা ঐ ৱারৌই, ইতৈমগী ৱাদা তাই। ঐখোয়না ৱা'মা হায়রুরবদি ঐখোয় নুংশিনদনবা ওইনা থোকই। ঐসু খঙই, ইতৈমগী সনা হন্দোক্তে হায়বা, অদুবু তায়াইমনা ইতৈমা অতোম্বীসি পুশিল্লকঙেদগী ইয়াম্বগী, ননাউগী 'সিমদি করি তৌবীগ্রবগে? অমুক্তদি খুন্মু।

খোমদোন : (তূমিন্না লৈ)?

চাউবা : (মবুক্লীং নুংশিনা) নয়াম্বনা মীওই চাদনা হিংবসিদা নখোয়না ঐবু নুংশিবা পোক্রবনি।

তোম্বা : তাচৌ মদুগী ৱাহৈদু হায়বীগনু, ননাউনা ইয়াম্ববু মীরাইজদে। (পিশকতোম্বী শাওশিন্নরকই)

পিশকতোম্বী : ঐসে ৱা ঙাঙবা য়াদ্রে, ইমুংসিদা ঐসে তোঙান তারবনি। কুইরে সনাদু হন্দোক্তবা য়াদ্রে হায়রুববু মখোয়দা পিহন্নীংদবগী ৱা ওইনা খল্লি, ফত্তবগী ফত্তবা ঐবু ঈহোকপীরো, ইমুং কায়ননবা শীল্লীবা ঐসে কনামত্তদসু য়েৎচররোই।

চাউবা : খোমদোন, ইয়াম্বনা মরম ওইদুনা ইমুং অসি কায়হনবদি পামদে।

খোমদোন : তাচৌ ঐখোয়সে ননাউনিনে। ঙাঙবীয়্, চৈবীয়্!

চাউবা : ইয়াম্বনা লাল্লবসু মীওই চাদবা নয়াম্বনি খন্দুনা নখোয় খুদিংমক্কী নবুক্লীংদা ৱারৌনু। তোম্বা ইয়াম্ববু মমাঙ লমপাক 'সিফাওবদা শম্মু। (তোম্বনা ময়াম্ববু শল্লগা পুথোকখি, পিশকতোম্বীনা মমিৎ পৈনা য়েংলগা ইশৌ লাংলকই, খোমদোন্না ইমুংদা চঙখি)

পিশকতোম্বী : নোংফাদোকসু ইমূং অসে তরু তনান্না থম্বা ঙমলোইদৌরি। ঙহাক লৈতা লোইশিন খোমজিনবদা ঐসে শিদৌরবনি। ঐবু মখোয়গী অরৈবা মীনাইদু মঙাইরে, মীরেমশিং অসি ওম্থোক্লসু য়েংনীংলোইদৌরি। (ঙাঙনা ঙাঙনা চাকশঙলোমদা চঙখি, খোমদোন্না খোঙউপ অমা হোংদোক্লগা থোরকই, মরী ফাওবা কিশিন্দনা থোরকই, চৌক্রি অমদা ফম্লগা মরী কিশিন্নবা হোৎনরি। পিশকতোম্বী থোরক্লগা হায়রৈ) ঙসিদি ঙন্না ওফিস চত্তোরব্রা ? চাকসু থোংগৎত্রি।

খোমদোন : ঐ হোতেলদগী তল খরসু চাশিল্লকএ, হোরেল ওফিসকী লঙ্গ মতমদা ওইনা চারগে। ওফিসকী চে-চাং খরদু গাড়ীদুদা খরা হাপচিল্লুসো। (পিশকতোম্বী ইমূং চঙলগা ফাইল খরা, লাইরিক অনীগা পুথোক্লগা থোরকই, মখূদাং নাম্মদা কোট য়াল্লদুনা থোরক্লগা খোমদোন্দা পী, খোমদোন্না কোটতু লৌরগা লিৎশিল্লি)

ান : ঙরাং পুরকপা লৈ চার অদু খরা থাজিল্লুনে, কদাই ফাইলশিং! (পিশকতোম্বীদগী লৌই)

পিশকতোম্বী : খরা ঙন্না হনবীরকউ।

খোমদোন : হোয়নে।

(পিশকতোম্বী ইমূংদা চঙখি, খোমদোন ওফিস চৎননবগী খোঙকাপ মরি-মঙা থাংদোরকপদা তোম্বা চঙলক্তুনা ময়াম্বদা হায়রকই)

তোম্বা : তায়াইমা, তাচৌনা হায়বা শেলফম অদুদংদি উপায় অমা তৌরগা পীবীখিসি, ইয়াম্বসে মবুক্লীং ব্রারৌহনগনুসি। (ইমূংদা চঙখি)

খোমদোন : (পুগদবা ফাইল অমসু নীংশিংলক্তুনা) ইহে নহালগী ফাইলদুদগা খরা পুথোরকউ!

পিশকতোম্বী : (পুথোক্লগা পী) হয়েং কেস থোকই হায়বা মীদুগী মরী মতাশিংলা করিনো, ঙরাং মী অমা লাক্তুনা অমদি থিল্লক্লম্বনি।

খোমদোন : ঐদি কাউকরে, মখোয়গী ফাইলদু ঙসি লোইশিনগদবনি।

পিশকতোম্বী : হন্দক্কী মতাং'সিদংগা মায় পাক্লনবা হোৎনবীদবা য়াদে চেকশিন্না হায়রম্বনি। শেলগীদি কয়ানো পীরক্লবা হোৎনগনি হায়বু হায়রম্মী।

খোমদোন : ঐ খঙঙে, চৎলুখিগে। নঙ লৈকায় কোইবদি খরা তোকউকো, ঐনা ওফিস চৎখ্রিঙৈদা মীগা লাক্লবদি কোর্টলোমদা লৈরনি খরা হায়য়ু (থোকখি)।

পিশকতোম্বী : শেল পায়বা হায়বসে কুইদে, ঐখোয়গী নুপানা পুশিল্লক্লবসু য়ূমদা ৱানোম্লবা মীদনা থিল্লকপদা লীশিং লীশিং ইখৃত্তনি। ঙসিদি হোতেলদা ঙহাক থোক্লুনা চা গীলাস অহাওবা অমত্তবু থক্লুখিগে। (থোকখি, তোম্বা ইমূংদগী থোরক্লুনা য়েংই)

তোম্বা : (খূদোম্বী শীংদুনা) নঙ নোংমদি খঙগনি, ব্যাবহার কাইনীংদ্রদনা তৌবনি। ঐগী ইয়াম্বসে নঙগী খূদোম্বীদা উংদুনা ঙসিদি হায়বদা ইল্লি, চৎলি। নঙগী লীচৎ-শাজৎ অদুনা নোংমা উহৈদবা থৌদোক অমা থোরকপা মতমদদি ইমূংসিদা লৈবা ঙমগনি!

(তোম্বা ঙহাক ফমদুনা লৈরিঙৈদা থোইথোই লাকই)

থোইথোই : কাকা বাবাহলদি!

তোম্বা : থোইথোই নঙ লাকই, নঙগী বাবাহলদি লমপাকসিদা ফল্লীবনি। চঙউ! (থোইথোই ইমূংদা চঙখি, চাউবগা অমুক থোকমিন্নরকই)

চাউবা : ইচা লাকপদি বাবাহলনা করি পীজনি।

থোইথোই : ঐ কৈসু চারোই, কাকা নহাক্লা তম্বীবা ঈশৈদো ফার্ষ্ট তারক্লুনা লুপা লীশিং অমগা সার্টিফিকেৎকা ফংলকই।

তোম্বা : নঙদি কদাইদা শক্লুরিবা ?

থোইথোই : ঐখোয় স্কুলগী ফংসন্দা শকপনি।

তোম্বা : (পেঞ্জে) য়াম্না নুংঙাইরে, কাকাদি পুংপেন পেল্লে।

চাউবা : ইচাদি মকোক থোংবদা ওইয়ু।

থোইথোই : (ফুরিৎখাউদগী পৈশা লৌথোক্লগা মাগী বাবাহলদা পী) বাবাহল 'সে ঐনা ঈশৈদা ফংলকপা পৈশাসে লৌশিল্লু।

চাউবা : ইচানা ফংলকপা পৈশাদুদি নঙগী বোই, কলম, ফিরোল লৈনগদবনি।

থোইথোই : ইমানদি ঐ লৌগনু বাবাহলদা পীরম্মু হায়রকই।

তোম্বা : (মরক থৎনা) তাচৌ লৌশিনবীরো ! থোইথোই কাকাগা চরা ব্রাল্লুসি ।

থোইথোই : হোয় ।
(তোম্বনা থোইথোইবু মখূৎ পায়দুনা ইমূংদা পুশিনখি । চাউবনা নুংশিনা থম্বালবু নীংশিংই )

চাউবা : থম্বাল, ইতৈনা নঙগী লমনসে শীংবা ঙম্লরোই ।
(মাগী কাদা তপ্পা চঙখি, পিশকতোম্বী হোতেলদগী হল্লক্তুনা ইমূংদা চঙই । চাকশঙদা চঙলুবদা তোম্বগা থোইথোইগা চরা ব্রাল্লম্বদুদা হায়রকই)

পিশকতোম্বী : তোম্বা অঙাং অসিবু নখোয়না কৌশিন্দুনা চাক পীজরিবসি করিগীনো ?

তোম্বা : ইতৈমা !

পিশকতোম্বী : ঙসিদি ঙসি ওইখ্রে, মতূংদদি ঐ য়ারোই, ঐ লৈবা মফমদা মখোয় চঙবসে য়াদে ।

থোইথোই : কাকা ঐ চৎলগে !
(তোম্বনা খাম্বদসু য়াদ্রদুনা মবুক্লীং নুংশিনা চেঙ্থোরকই)

তোম্বা : (হৌনা) থোইথোই ঙাইখোও, নঙবু কনানা তাম্থোকপা ঙমগদৌরিবনো ? মসিসু নয়ূমনি ।

চাউবা : (মাগী কাদগী) থোইথোই কৈদৌরে । (চৎখি)

তোম্বা : (শাউনা ঙাঙ-ঙাঙলদুনা মপান্দা থোরকই) ইতৈমা ঐবু শাউহনগনুকো, ইতৈমদা ঐখোয়না কয়াম লানখ্রবগে, ঐখোয়দা ইতৈমনা য়েংলিবা মীৎয়েংসি করিনো ?

চাউবা : (থোরক্তুনা, খোল-নীক্লা) তোম্বা নঙ তূমিন্না লৈরো, ইয়াম্বা খঙই । অঙাং অসি চঙলকপগীনিনে, (শাউনা) ঐ ইচাউ চাউনা লৈরিঙৈ 'সি ফাওবদা মখোয়না ঙাঙ-শল্লবা !
(পিশকতোম্বী থোরক্লগা মখা তারকই)

পিশকতোম্বী : ঐ লৈরবনিনা অঙাং অসি চঙহন্নীংদ্রে ।

তোম্বা : (মরক থৎনা) অঙাং অসি কনাগী মচানো, কনানি হায়না খনবগে ?

পিশকতোম্বী : ইমূং অসে হৌজিক্তি ঐনা পুরেদনা ।

তোম্বা : (শাউনা) মীগী মতূ মচা লৈ খঙনা ইতৈমনা ইমূংসিদা অতোম্বী ওইরবগা, ইমূং কায়নবা শিল্লফাওদা করিমত্তা পেনদ্রিসি করিগীনো ?

পিশকতোম্বী : (খোইদৌ লঙখৎনা) করি, নঙগুম্বনসু অদুগুম্বা ৱাহৈ ঐঙোন্দা হায়বা ঙম্লবা, ঐ কনানো মশক খঙনীংব্রা ? নয়াম্বসু লাকখিশনু ঙসিদি চপ চানা খঙনবা তারেদনা।

তোম্বা : (তপ্না) করিসু মরাল লৈজদ্রবা, অফ-ফত্তা থোইদোক্লা খল্লবা ঙমদ্রিবা অঙাং অসিবু ওম্থোক্লা মীনুংশি লৈত্রিবসি নবুক্তগী তাবা নচা নত্তে অসিরা ?

চাউবা : (মবুক্লীং নুংশিনা) তোম্বা নঙ মখা তারনুনে, ফরা-ফত্তবসু মসি নতৈমনি, ইমূং অসিদা ইচিল ইনাউ ঐখোয়গী নুংশিনদবা মীৎয়েংসে কনাগী মফমদসু উৎথোক্লীংদে।

পিশকতোম্বী : (য়াম্না শাউনা) হুং ! (চঙখি)

তোম্বা : তাচৌনা ঙসি ময়াম্বা অমা ওইবগী মচা মনাউশিংবু ৱারক ৱাতেমদুনা থকশি-খাশি নায়হল্লম্লবদি লাই ওইখ্রবা ইমা ইপাবু অমুক নীংশিংলমখিগদ্রা ?

চাউবা : হায়যু নয়াম্বনি।

তোম্বা : (মপি ইরা চেন্না) মমা মপা লৈত্রবা মনাউশিংগী ময়াম্বনা মপা শক্তুনা ৱারক ৱাতেম্বীফম থোকই। ইমূং অসিদা ঐখোয়না ঙাঙবা শকপা ঙম্বগী হক অদু লৈশিল্লক্রবদি ঐসু য়ূমসিগা মরী লৈনদ্রে হায়বা নৎত্রা ?

চাউবা : তোম্বা নয়াম্বদি মী অমনি হায়না থাবা য়াদ্রবনি, ঐ খঙইনে, নঙনা খল্লিবদুসু !

তোম্বা : ননাউদি নুংশিননা লৈমিন্নবদু পাম্মী।

চাউবা : চুম্মী, নয়াম্বনা শোয়খ্রবনি।

তোম্বা : (থম্মোয় শোক্লা) ইচিল ইনাউ অহুমগী মনুংদা শেল থোকপা তায়াইমদনি তাচৌনদি করি তৌগনি, তায়াইমগীদমক ইচিল ইনাউনা শরু শয়াঙ তেক্লা হোৎনখিবা খুদিংমক মানা মী ওইরবা মতমদা ময়াম্বগী, মনাউগী খরদি হোৎনফম থোক্তব্রা ? (মপি তানা) থম্মোয়দা

নীংঙমদবা কয়াদি খূত্তুম শীংদুনা লেল্লক্কীবা পুন্সিসে ইথন্তা অনুতাপ তৌজদুনা খাংজবতনি।

চাউবা : হৌজিক্কী ফিভম অসিদা নয়াম্বনা করি হায়খিগদৌরিবনো? নখোয় খূদিংমক্তা পেন্নদ্রবা নয়াম্বা ঐবু হৌজিক্তি থিরক্কনু নয়াম্বসু য়ূমসি থাদোক্তুনা চৎখ্রগে। (থোকখি, তোম্বা অশাউবনা তূমিন্না লৈ, অমুক নীংঙম্মক্ত্রদুনা ময়াম্ববু খাম্নবা খোঙকাপ অনী-অহুম থাংদোকই, খোমদোন চঙলক্তুনা হংলকই)

খোমদোন : তোম্বা কৈদৌনরে।

তোম্বা : তায়াইমা ইতৈমগী কা হেনবা ৱাহৈনা ঐখোয় ইচিল ইনাউবু নুংশিনরক্তবা নোংমদি শোয়দবনি। ননাউদি ননাউ ওইরে, তাচৌবুদি ৱারৌহনগনু! ঐ তাচৌবু খামহৌরুখিগে (তোম্বা চেপ্পোকখি)।

খোমদোন : তারিব্রা নঙবুনে?

পিশকতোম্বী : তারে তারে, লাকচরে (থোরকই), লাকপা কয়াম কুইবীরবগে?

খোমদোন : লাকপদা ঙাইহিরি।

পিশকতোম্বী : শঙ্গোম অমুক্তা শেমজরুখিগে (চঙগে তৌই)।

খোমদোন : তোক্লো, নঙনা করি করি হায়রুরে। নঙসে ভাব য়াম্না তাদে, নঙনা অপাম্বদো ঐঙোন্দা হায়রগা লোইরে। মী খৎনবসিবু য়াম্না পাল্লীব্রা? ঐসে নঙনা হায়বদা ইল্লিবনি খরা খঙউনে। ঐবু য়াম্না অতাক অফোঙনহল্লক্কনু!

পিশকতোম্বী : ঐসে মৌ ওইনা লৌবনি হায়দুনা নয়াম্বগা, ননাউগনা উশিং থওইবীদে, মসি খল্লুবদা ঐ য়াম্না ৱারৌই (কপশিন্নে)।

খোমদোন : খরসু তাশিন্নদা, নঙনা থোকপ'মা তৌরগা লোইরে। মখোয়সু ইয়াম্বা, ইনাউনি হায়দুনা ঐনা য়েংবসিদা হেনজিল্লক্লবদি য়েংলক্তবা তাবনি।

পিশকতোম্বী : (কপ্পা তোক্লগা) ওফিসপু য়ৌবীরুরব্রো থুনা হল্লক্লদি!

খোমদোন : ঙসিসি থবক্তি য়াম্না লৈ অদুবু পোত্থারগে হায়দুনা ওফিস য়ৌরগা হল্লক্লবনি।

পিশকতোম্বী : চাক থোঙ্গৎনবা তৌজরগে, ফিরোল হোংদোকপীরগা ঙহাক চাক ঙাইবা ওইনা ইমুংদা পোত্থাবীররো (মাঙ থানা চঙখি)।

খোমদোন : (খনবা) পোকমীন্নবা ইয়াম্বা, ইনাউমক শাগে ওইরক্লবা! অত্তুতাই ওইরক্লবা মতমদদি পাম্বোম তিংগদবসি ঐগী নুপী নত্তনা কনাসু লৈরোই। (চঙখি)

- ওফ -

# মঙাশুবা মতাং

**মফমঃ বাবুগী য়ূম**
**মতমঃ নুমিদাংব্রাইরম**

(থম্বালনা মচাবু লাইরিক তাকপীরি)

থম্বাল : নঙবু নখোয় ওঝানা তাক্লকপা পরা মখৈ লোইনা ফারব্রো ?

থোইথোই : ইমা অতৈদি লোইনা ফারে। মীতৈলোন শৈরেং অমগী অর্থ খঙদ্রে অমুক্তা তাকপীয়ু।

থম্বাল : লাইরিক্তু পুথোরকউ, কদাইনো ? (মচানা পুথোক্তুনা য়েংহল্লি)

থোইথোই : ইমা, পাবগী মহুত্তা অর্থ ওইনা হন্দোকপীয়ু।

থম্বাল : পোক্লফম হায়রিবা পরাসিদা অইবসিনা ফোঙদোক্লিবদি অতৈ নত্তে, মুন্না পুক্লিং চঙনা তারোকো। মমা লৈবাক নুংশিবা মীওই কয়া কয়া থোরক্লবসু, মীনুংশি অসি তাইওন্নহল্লে হায়বনি। মরমদি পোক্লফম অসিবু শেমগৎকে, শাগৎকে হায়বদি খন্দনা লৈজরম্বা লন-থুম য়োকখত্তুনা থম্মীংবগী ব্রাখলসু পোক্তবা লূচিংবা কয়ানা মতম মতমগী মমিংগা থোন্দোক থোনজিন তৌদুনা লৈবাকসে মাঙহনলে হায়না পরাসিদা অইবসিনা ফোঙদোকই। ইশম শম্মা নঙনা খঙগদবদি, মমা লৈবাকপু নুংশিবা অশেংবা মীওই থোরকপা তারবদি পোক্লফম লমদম অসিগী লৈজরম্বা খুদিংমক মাঙহন্দনা নুংশিনা থম্বগা লোয়ননা কনাগুম্বা অমত্তনা মমিং ফাওবা থোনজিন্দুনা খূৎ চঙলোইদবনি হায়বনি। ইমা পরাসি অমুক পাবিরক্কে নঙ তারো!

থোইথোই : পারনুসি, ঐ বনান তৌদুনা পাবদি হৈজরে। ঐ চাক্তুম লাল্লে, চাক থোংলুরো ইমা।

থম্বাল : হোয় হোয়। (মরকসিদা বাবু হনজিল্লকই, থোইথোইনা কৌই)

থোইথোই : মাম্মো, ঐগী করি অচাপোৎ লৈরকই।

বাবু : য়াম্না লৈরকইনে, নঙবু লাইরিক্কদি তৌরব্রো ?

থোইথোই : তৌবা লোইরবনি ।

বাবু : (অচাপোৎ পী) সে সে ।

থম্বাল : তাচৌ ঐগী থবক্কুদি করি হায়রি ।

বাবু : মদু ওইরবনি, ওর্দরদু ঙসি থোক্কদ্রা খনবনি । নুমিৎ হুম্নীসিগী মনুংদদি শোয়দনা থোক্করনি । ঙসি থোক্কদ্রা খন্দুনা ঙাইবদা ঐসু থেঙনা হল্লক্লীবসিনি । নুমিৎসে থেঙলবনি, থোইথোই তূম্বনা হানখিনি চাক-ঈশিংদু থোংদোক্লুরো ।

থম্বাল : থোইথোই ইমাগা চাক থোংলুসি !

(মমা মচা ইমূংদা চঙখি, বাবুসু মফি হোংনবা মাগী কাদা চঙলগা খুদৈ থি)

বাবু : (মনুংদগী) মেম্মা ! ঐগী হোংদোক্লুবা খুদৈদু অমত্তা লৈতেনে, থোইথোইনগা পুথোকপদগী পুশিল্লক্ক্রব্রা করিনো ?

থম্বাল : তাচৌ ঐনা শুবগী মমাঙ কাগী ফিয়ান্দুদা য়ানশিল্লম্বনি ।

বাবু : (চঙশিল্লগা লৌবগী মওংদা) লৈরে, লৈরে । (খুদৈ হোংদোক্লুগা থোরকই, মাঙ্গোলদা ঙহাক ফম্মী) ইনেনা ঙরাং ঐবু অমুক্তা লাউ, ব্রা তান্নগদবা লৈ হায়দুনা পাউ হায়রকইসি করি হায়গদৌরিবনো । নুপীগী মরমদসু হায়ফেত্তি পল্লকই, ঐদি তল্লবনি । তশেংনা ঐদি য়ূম পানবগী ব্রাফমসে থাপ্লা থম্বু থমখ্রবনি । (নীংশিংলকপা)

হেমা : ঐদি ইমা ইপানা অতোপ্পা ইঞ্জিনিয়ার অমদা থাজখ্রে, ঐনা নঙবু নুংশিরবসু করম্না নঙগী নকাদা য়েৎচবা ঙমগনি, নঙগী নীংবা থুংনবগীদমক লাক্লগনা হায়না শীংনরিবা ইমা ইপাগীনা করি ওইহৌবা, (নীংঙমদনা) ঐবু পুক্সিগী ওইনা হয়েং-তূং ফাওবদা চঙজফম লৈতনা ঈহোক্কদবা ! ঐ হায়ফম খঙদে ।

বাবু : নঙনা ঐগী ইফমদা হৌজিক পাম্লীবসি করিনো ? ঐদি মীগী থম্মোয়বু খূদুম চনশিন্দুনা ইশাখক্তগী ওইজবা থিদুনা ফা-পূনদুনা চিংবদি তৌরোই । তশেংনা ঐবু নুংশিবীবা মীদুদগা পুক্সিগী লেনমীন্ননীংবনি ।

হেমা : (তৌফম খঙদনা নুংশি নুংশিনা) ঐনা তৌগদবসি করিনো খঙদে ।

বাবু : মতিক চাদবা ঐগী ইনাক্তা লৈরগনা পুন্সিগী ওইনা নঙবু অহল লমন্না ঈছোকপা ! মখোয়গী হায়না শীংনবদা লৈখ্রগনা নঙগী তূংগী পুন্সিদা ইংনা তপ্না লৈবা ঙম্বা। (নুংঙাইতনা) ফরে, নঙ অহল লমনগী অনীংবা মখাদা হায়বা ইনখ্রো।

হেমা : (হায়দোকপা ঙমদনা) ঐনা নঙবু অশুক্কী মতিক নুংশি, অদুবু ইচীনসিনা মসি ফৈ হায়বদি ঙমদ্রে।

বাবু : ঐগীদমক্তদি খল্লুরনু, নঙনা নুংঙাই য়াইফনা লৈবদুনি ঐগী অপাম্বসু ! (নীংঙমদনা) নুংশিববু লাইরা-ইনাকখুনবনা নমথাক তৌহন্দুনা লান্না লমজিংহল্লি। হৌখ্রববু অমুক হন্না নীংশিংলরোই, য়ৃমসু পাল্লরোই, মায়থিরবা ঐগী পুন্সিনা কনাবুসু য়েংখ্ররোই। পুন্সিগী নীংবা কায়বতনা ঐগী শরুক ওইদুনা লাক্লবা মপোকসে করি অমুক নুংঙাইরকখিদগে ? ঐনা লেপচরিবা ফিরেপ অসিদগী হোংলরোই, কনাগী মরালসু শীররোই। মপোক্কীনি, ইরাইবক্তা তল্লক্লবা বীধি অসিবু কনানা ককপা ঙমগদগে, ঙসি নঙনা য়াইফবা ওইদুনা লৈখিবা মতমদা ঐনা ফনা ব্রারবসু নঙনা শরুক য়াবা ঙমখিদ্রনে ? লম্বেল তিন্নরোইদবা পুন্সিদা লম্মখাওদা খঙনরুবগী, পম্বুং ওইমীন্ননবগী পঙখৈ তাল্লুববু মসিনা নীংবা কায়হনবদি পুন্সিসিনা ব্রাখৈদ্রিঙৈদি কোকখ্ররোই। (মপি তৈথোকই, ব্রাখল নুংঙাইতবগী তূমিন্না চৌক্রিদা ফমদুনা লৈ। হৌখিববু নীংশিংলকপদা বাবু নীংঙমদবা পোকই। থম্বালনা চাক লোইরগা মবুংগী মনাক্তা চঙলক্কুনা হায়রে)

থম্বাল : তাচৌ চাক থিদোক্লে।

বাবু : লাক্লগে, (শকফম হনজিল্লগা) থোইথোইদি পীজরব্রা ?

থম্বাল : চাহৌরি।

(থম্বাল চঙখি, বাবুসু ফল্লম্বদগী হৌগত্তুনা চাকশঙলোমদা চঙখি)

# তরুকশুবা মতাং

মফমঃ চাউবগী য়ূম

মতমঃ অয়ূক (তাল্লক)

(তোমপোক মফি মরোল নান্না শেৎলগা লিচৈ অমা পায়রদুনা লাকই)

তোমপোক : (কৌই) য়ূমসিবু মী লৈতব্রো? ঐনা লাক্লীসিবু উন্নদনা হন্দৌরিব্রনে, হো পিশকতোম্বী, থোঙদি হাংই মীদি লৈতব্রনে।

পিশকতোম্বী : হো কনানো (ইমূংদগী)।

তোমপোক : ঐনে।

পিশকতোম্বী : থোকচরক্লগে! (থোরকই) ও তাদ!

তোমপোক : উকিল বাবুদা ঙসিসি লাক্কে হায়রম্বনি, খরসু থেঙদোকখ্রে।

পিশকতোম্বী : তাদ লেঙলক্কনি হায়দুনা ফনা কুইনা ঙাইরম্বনি।

তোমপোক : তাদসে থবক অমা হেক চৎথোক্লুরে।

পিশকতোম্বী : তাদ ফিদা সোমদা লেঙশিনবীয়ু।

তোমপোক : য়ারে য়ারে, ঐখোয়গী উকিল বাবুনা কেস অদুগী মতাংদা করি করিবু হায়বীবগে?

পিশকতোম্বী : মানা অয়াম্বদি কক্লনবা হোৎনখ্রমানে, শাক্ষিদুগী মতাংদা মী খরদি চেকশিন্না হায়হৌদবা য়াদে হায়রম্মী, অদুগা শেল-থুমগী মতাংদা ঙসিসি তাদ লেঙলক্লগা ঙাঙননবা হায়দুনা ফনা থেংলবা ফাওবা ওফিস চত্তবা মখৈ ঙাইরম্বনি, থেঙলক্লবদুদদি লাক্লরোইদবমানে হায়দুনা কোর্ট লোমদা চৎখ্রে।

তোমপোক : শেল-থুমগীদুবুদি উকিল বাবুনা অহায়বদা পীবা তাবনি। (ঙহাক খল্লগা) অদো ঙহাক লৈতনা ঐসু লাকচরবনিনা শক-মায় খঙনরে, ব্রাফম অমত্তগা ইবেম্মদা হায়জদুনা ব্রানোমজবা তারিয়ে।

পিশকতোম্বী : ইহায় হায়বীদে হায়রিবনি, করি মতেং পাংজৌ হায়রিবনো? ঐনা ঙস্ববু থোক্লবদি থব্রাই হকচাং য়াওনা পাংজরগা লোইরে। তাদনা ইথা থাজদনা হায়রকপসে অরুবা ব্রাগা ওইরমগদবা মাল্লি।

তোমপোক : করিবু ওইনেগে।

পিশকতোম্বী : (নোকনা) তাদহোয়না ঙাঙথোক শক্তোক্লকপা মওংসিদবু শেল-থুম পায়বগী হৌনবী হেক্তা ব্রা চাউনা চাউনা ঙাঙবসে, ঐখোয়দি ব্রা মখা তাফম লৈপোনত্তে, তাদগী ব্রাঙাং-শঙাং ফিজেৎ-চাকচা'সি য়েংলগদি নুপাদা নুপা অমগী মগুণ ঙাক্লা চৎচবসু মাল্লিপোৎনি।

তোমপোক : এ, এ ভাবতু ওন্ননা চৎখ্রে, মতৌদনি। খরা নানজবা অসিদা ইবেম্মহোয়না থাগৎপিরবা হায়দুনি। (মী য়েংলগা, তপ্লপ্পা) ঐনা তোঙান্না ব্রানোমজগদবদি অতৈগী নত্তে, কেসসিগীদি ঐনা মতোং খরা চাজবদনি। শাক্কিগী মতাংদা ইবেম্মবু খরা য়াওবীননবা ঐনা হায়জরিসে য়াবীরবদি লুপা লীশিং অহুমদি শোয়দনা তোঙান্না খাইজগনি।

পিশকতোম্বী : ঐবু হৈগদ্রনে।

তোমপোক : মদুগীদি ঐখোয়না পোরমদু য়াৎচগনি, ইবেম্মগী ইবুংঙোনসু ব্রাফম খরদি শুমদৌসি তাকপীরেদনা।

পিশকতোম্বী : য়াইয়ে য়াইয়ে, শেলদবুনি ঐনা পাল্লীবদি। হৌজিক্কী মতমদা শেল লৈরগা মীনা শন-মান তৌইদো, ইজ্জৎকী ব্রা হায়ববু শেলদা য়েংনরবনি। করি হায়গে তাদ!

তোমপোক : য়াম্না চুম্বা ব্রানি, কেসসিগী মতাংদসু উকিলবাবুনা অয়াম্বা লোইশিনবীখ্রে তম্বীবদা ঐখোয় পেল্লবনি। ঙসি উন্নহৌদবগী নুংঙাইতবা ওইরবসু ইবেম্মগা উন্নদুনা ব্রাফম খরা খঙজরিসে ফরবনি। উকিল বাবুদা ঙসিসি লুপা লীশিং অহুমদং থিঞ্জরক্কে হায়জরম্বনি। (লৌথোক্লগা পী, অদুগা অমুকসু ফুরিৎখাওদগী মণি বেক লৌথোক্লগা পৈশা শত্তোক্তুনা লীশিং অমা থীরগা পিশকতোম্বীদা অমুক্কা পিরগা মখা তারকই) লীশিং 'সিমনা শাক্কিগীদমক বোইনানিকো!

পিশকতোম্বী : তাদ চা থকখিসি ঐ লোঞ্জরক্কে।

তোমপোক : লোল্লুদ্রবসু হেক্তা লৌরুরগা লোইরে। (তোম্বা মতাংসিদা ঈশৈ ঙংলদুনা চঙলকই) ইবুংঙো চা খিত্তা লৌবীয়ুনে।

পিশকতোম্বী : (মরক থংনা) য়ানী য়ানী ঐ লোঞ্জরক্কে।

তোম্বা : ব্রারৌবীনু ঐসে অদোমগী চা লৌননবা মীদুমক্তি নৎচদে, হায়বীগে হায়রবসু ইতৈবেম্মসিদা ওইনা হায়বীয়ু।

পিশকতোম্বী : তোম্বা, মফম মতমগী মতুং ইন্না ব্রা ঙাঙউ, নমাঙদা ফম্লীবসে কনানো নঙ খঙলব্রা ?

তোম্বা : খঙইনে, নখোয় অনীবু কনা কনানো ? ঐনা যূমসিগী কনা ওইরিবা। ইতৈমবু ঐনা মশক মুন্না খঙবা মীনি (হায়রম্লগা চঙখি)।

তোমপোক : ঙসিদি ওহ্নোক্লা ইকায়খ্রে।

পিশকতোম্বী : তাদা করিমত্তা খনবীরুনু, ঐ লৈরিঙৈদা অদোম চোপ্পা য়াপোনত্তে।

তোমপোক : অদুবুদি ইবেম্মগী থম্মোয় খঙজখ্রবনি।

পিশকতোম্বী : (মী য়েংলগা) খঙদ্রেদা ঐসে, তাদহোয়গুম্বা মথন্তগা লৈবা, মচিল মনাউগা লৈতবা অমদা পাল্লম্বনা ফগদৌবনি।

তোমপোক : নশক নতৌদুগা হায়রুরবদি নিংথৌগী মহারানিগুম মকেদা শেমদুনা লৈয়ু হায়বনি। ইবেম্মহোয়গুম্বী মশক মতৌ ফজবী যূমগী মবেম্মা অমা ঐগীসু লৈজরম্লবদিকো সনাদা য়োম্বদগী হেন্দোক্তনা নোংমত্তা যূমগী থবক ইনখাঙ ফাওবা তৌহল্লোই, নখূৎ ফাওবা হামহল্লোই।

পিশকতোম্বী : (মিতা অমা তৌনা) চা নৎত্রবসু হৈ ওইনা শেমজরুখিগে (ইমূংদা চঙগে তৌই)।

তোমপোক : ঙসিদি য়াজরে, নোংমা নীংথিনা থকচরগে। নাতৈ চাবা কান্দসু কেসকা মায় পাক্লবা মতূংদা ঐনা সিনেমা টিকেৎকা কক্তুনা য়েংমীন্নগদৌরিবনি।

পিশকতোম্বী : য়েংসে হায়রদি ঐনা হেক্তা কক্কনি।

তোমপোক : ঙসিগীদি অমুক য়ৌজরগে।

পিশকতোম্বী : ফনি ! (তোমপোক থোকখি, পিশকতোম্বীনা খলহৌই) মরলদি নীংথিন্না লৈবা মীনিনে. কৈদৌজরনিগে ইমংসিদা মত ইচান চান্নরক্তবদি

নুংঙাইগদৌবদা লৈব্রগা লোইরে। (চঙখি, ঙহাক্কী মতুংদা খোমদোন ওফিস্তগী অমুক হল্লকই। খোমদোন্না ইমূংদগী ফাইল খরা পুথোক্লগা য়েংই, অমুকসু ইশিন-খোৎচিল্লি)

খোমদোন : মণিপুরদা লালহৌবগী ইরাং অসি নমথবা ঙমগনি হায়বসি থাজদ্রে। ঙল্লিঙৈ মতমদা রাজনীতিব্রালাশিংগা লালহৌবশিংগা ব্বারী শান্ননবা লপ্পী অমত্তং য়াৎলল্লবদি শান্তী লৈরদবনি। ফোর্সনা নমথবা হায়বসিমদি ওইথোক্লরোই! ঐনা ঙক্লীববু মরাল লৈত্রবা মী অমবু চিংনৈ হায়দুনা ফারগা কষ্টদিদা থমজিল্লগা ইন্টরোগেসন চত্থদুনা ওৎ-নৈবদা লোইরবা মীদুবু অমুকসু রীমান্দ তৌগেসিবু করিনো? অঙাং অদুদগী প্রমাণ মতিক চানা ফংবসু নত্ত্রে, মখোয়না চিংনৈ হায়দুনা ফারুরদি খরা হংলগা থাদোকপা য়ারে। ঐনা ঙক্লীবু ফাবা মতমদা মঙোন্দগী নাইন এম এমগী পিস্তোল অমা, কাপ্পা য়ারিবা মরু অনী য়াওবা মেগজিন অমগা লোইননা রিকোভর তৌরে হেক্তা হায়রকইসিনি। মখোয়না ফাবা অঙাং খূদিংমক্তা মসিগী লোনসি হেক্তা শিজিন্নরকই। মসি হায়রক্তুদি ফরদবনি! কোর্টনা রাই তাদুনা মরাল লৈত্রে হায়দুনা থাদোক্লবসু কেম্পর্স্তগী এক্ট অমা পানশিল্লগা ফাবসিসু তোয়রবনি, মসিদংদি ঐখোয়না কিয়ার লৌবদি চুল্লবনি।

পিশকতোম্বী : (থোরক্লগা) ঐদি হল্লকখিবা খঙহৌদ্রে।

খোমদোন : ঐ ওফিস্তা অমুক চৎকদবনি, মী অমা ঙসিদি বেলদা শৎহন্দবা য়াদে।

পিশকতোম্বী : শাহনবা শঙ্গোম লৈ, গীলাস অমা পুথোরক্কে।

খোমদোন : য়াই, পুথোরকউ।
(পিশকতোম্বী ইমূংদা চঙখি, খোমদোন্না ফাইল অম্মুক হাংদোক্লগা পারি। পংকুই কুইদনা শঙ্গোম গীলাস অমা পিশকতোম্বীনা পুথোরক্লগা থোরকই)

পিশকতোম্বী : (খোমদোনদা পী) ’সিদা লৈজরে।

খোমদোন : কদাই! (লৌই, তপ্পা তপ্পা থকই)

পিশকতোম্বী : ঙসিদি ব্বা অমত্তা হৌদোকচবা তাই।

খোমদোন : করিনো?

পিশকতোম্বী : ঐখোয় অনী তোঙান চারসি, ইতৈসু, তোম্বসু অঙাং নত্ত্রবনিনা মখোয়না থোকপা হোৎনজরনি।

তোম্বা : (থোরক্তুনা) ইতৈমনা হায়বীরিদু করিনো ?

খোমদোন : তোম্বা নঙনা নতৈমগী মফমদা চৎলিবা মওং মতৌ, ঙাঙ-শক্লীবা পুম্নমক ঐ খঙই। তাচৌগী ব্রাসু ঐ খঙই। অহল লমন্না লৌ ইঙ্খোল খরা থল্লক্লগা মী হেক্তা হিংবা য়াদবনি, শেলগী মথৌ য়াম্না লৈবনি, হৌজিক্তি ইমুংসে ঐনা পুরিবনি।

তোম্বা : ইতৈমনা ঐখোয়বু লান্না লৌরক্লীসে থোইথোইবু য়ুমসিদা চঙহনবগীনিনে, অদুগা তায়াইমদগী তাচৌগা ঐগনা শেল খরা খরা লৌবসিদা পীহন্নীংদবগী মলোম তৌবনি ঐ খঙই, ইমুং অসিগী শমপত্তি, লৌ-ইঙ্খোল ফাওবা ইতৈমনা কুশি তৌগে খনবদা ঐনা খরা য়েংশিনবগীদমক হায়রক্লীবা ব্রাফম ’সি নত্ত্রা!

খোমদোন : খঙইনে, হৌজিক্তি ঐগী পোকমীন্নবা ইচিল ইনাউ অমত্তা লৈত্রবনি।

চাউবা : (চৎথোক্লুবদগী হঞ্জিল্লকই) খোমদোন নঙগী হৌজিক্কী ব্রাহৈদু করিনো ? কনাদনো নঙনা ঙাঙই-শকইদুনা!

খোমদোন : তাচৌ নুপী অসি ফত্তবনিনা ইয়াম্বা, ইনাউ অনীগী মফমদা য়াম্না নীংবা থুংদ্রে হায়বা খঙই। অদুনা ঐ তোঙান চারগে ? ঐগী ফংফম থোকপা ইঙ্খোল শরুক, লৌ পীবীরো, ঙসিদগী হৌনা ঐঙোন্দা ব্রা’মত্তসু হায়বীরনু।

চাউবা : (মখোল নীক্লা) খোমদোন নঙসে ঐগী ইনাউমক্লীকো, ঙসিদি নঙ মতিক চারে, নয়াম্বা ননাউ য়েংবদা মী ওইবা ঙমদ্রে ’সিনিনে! ফরে ইয়াম্বা য়ারে, (মপি ঈরা হৌনা) নখোয় খুদিংমক্লা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদদি নয়াম্বনা হায়বা য়ারম্মী। হৌজিক্তি নখোয় চাউরকপনা নয়াম্বনা হায়বা ইল্লক্ত্রে। লাই ওইখ্রবা ইমা ইপাদুনা শোয়নাইরবা নয়াম্বগী মখুত্তা পায়দুনা হায়রম্বদো, নখোয়বু ঙসি ফাওবদা অঙাংগুমনা উরিদো।

তোম্বা : (মবুক ফাথবা ঙমদনা) ফৈ অদুদি ইমুংসিদগী ইঙ্খোল শরুক, লৌ লৌরগদবা ঙম্বা কনানো ? ঐ শিত্রবসু ইমা ইপানা থম্বীরম্বা লম মচেৎ অমা ফাওবদি মচেৎ তাহল্লম্মরোই। (ইমুং চঙলগা থাংজৌ পায়রগা

থোরকই) ইমুংসিদা কায়না চংলকপা মীদুমদি ঐনা পায়রিবা থাংসিনা লমন খুমদনদি তোকলোই।

চাউবা : খোমদোন নঙ তোঙান চানীংবদো চারো, ইয়াম্বা করিসু থিংলরোই। লৌ-ইখোলদি পূন্না অশুম লৈজখিসনু, মতম চানা ইয়াম্বনা য়েঙ্ছোক্কনি।

তোম্বা : (শাউনা) ইমুংসে শম্বল অনীথোক্না খাগদবনি, য়ানদ্রদি য়ানদবগী থবক তৌবা তাই।

খোমদোন : ব্রা ঙাওবদা অঙাং নঙনা ঐবু হেক-হেক শীংনবগী মওংদুদি তৌগনু।

তোম্বা : নঙ কনানো ঐ খঙদে! (শাউনা)
(চাউবনা চঙশিল্লকুগা তোম্বদা খূবাক্লা থাই)

চাউবা : ফরা ফত্তবসু নয়াম্বনি, নঙনা খুন্নকইবা ব্রাহৈদুনা তাকপদি নয়াম্বা ঐ ফাওবা উশিংলক্তবগী মওংনিনে!

তোম্বা : (কপ্না) ঐনা ঙসি ফাওবদা ইয়াম্বা অনীবু ব্যাবহার তৌজদুনা লাই ওইখ্রবা ইপা ইমাগী মহুৎ শক্লা নীংজরকপনি, ইতৈমবুসু ঐগী ওইনজফম ইমামক খন্না নাওথি শাজরকপনি। অদুবু মীনাইগুম, ইমুংসিগা মরী লৈনদবগুম ঙাঙ শকপসিদি ঐ পূক্লিং নুংশি, ঐ ঙসিদগীদি য়ূমসিদা লৈররোই। (মপি তৈথোক্লা) লাই ওইখ্রবা ইমা ইপা অনীবু নচানা ঙসিদি নীংশিংলকইনে, ইমা পাবুং! (থোকখি)

চাউবা : তোম্বা, ইয়াম্বা খঙইনে, ইয়াম্বনা ইনাউবু ঈঙ্ছোক্কেনে নঙ চংখিনু ঙাইখো।
(চাউবনা তোম্ববু কৌরদুনা থোকখি)

পিশকতোম্বী : মসি ফরবনি, নঙগীদি মী ওইননবা লাইনা ইনশিল্লক্লবনি, কান্নদে উংলুরনু! ঙসিদগী তোঙান চাননবা তৌরসি।

খোমদোন : ঐ কোকসে পূ ঙমদ্রে, ওফিসকীসু থবকসে ঙসিদি মৈনি। ঐ ঙসিসে থেঙনা হল্লক্লগে নঙনা ফনা ফননবা তৌরম্মো। (খোমদোন ফাইল তাশিল্লগা কোন্দুনা পূরগা থোকখি, পিশকতোম্বী মোমোন নোক্লগা ইমূং চঙখি।)

- ওফ -

# তরেৎশুবা মতাং

মফম ঃ বাবুগী য়ূম

মতম ঃ অয়ূক

(বাবু মরৈকায়গী মী অমা উন্নগে হায়দুনা থোরকই, তোম্বা লাকপগা থেংনৈ)

বাবু : তোম্বা নঙ তফিং তফিং লাকইদি কৈদৌরে ?

তোম্বা : ইবাইবুংঙো, ইতৈমা অমুক্তা উন্নজগে লাকপনি।

বাবু : নতৈমা লৈবনি, চঙউ চঙউ। (হৌনা) থোইথোই নঙগী কাকা লাকইনে, (তোম্বদা) তোম্বা, থবক অমত্তা ঐ চৎলুখিগে! (চৎখি)

তোম্বা : ইবাইবুংঙো।

থোইথোই : (চেপ্লোরকই) কাকা!

তোম্বা : থোইথোই!
(থম্বাল থোরকই)

থম্বাল : তোম্বা চঙলকউ, কৈদৌবা য়াওরে। নঙ নতৈমদা করি হায়নীংবগে ?

তোম্বা : (খাঙবা ঙমদনা, হায়দি হায়নীংনা) ইতৈমা।

থম্বাল : হায়য়ুনে।
(তোম্বনা শাল পুথোক্লগা মতৈমদা পী)

তোম্বা : শালসি লুপা চাম্মা য়াঙ্খ্রেদা থম্বীয়ু।

থম্বাল : (ঙক্লা) কৈদৌবগীনো শালসি পুরকইববু, কোক লাকপা য়াদ্রো। শালসিসু পায়শিল্লু!

তোম্বা : ইতৈমদা করিগুম্বা লৈরমদবা থোক্লগদি হায়দুনা থম্নবা পুরকপনি।

থম্বাল : তোম্বা নয়াম্বনা নখোয়গীদমক্তা করিগুম্বা অমত্তা য়েংশিন্দ্রব্রা ?

তোম্বা : ইতৈমা ইমূং অদো তাচৌগা ঐগদি লৈবদা ফিভম চাদ্রবনি।

থম্বাল : লৈরম্মু, ইতৈমা ইমুংদা চঙলুখিগে (চঙখি)।

তোম্বা : ইতৈমা খরদি থুবীয়ুকো।

থোইথোই : কাকা নঙ হোরেল চৎলো।

তোম্বা : থোইথোই বাবাহলনা ঐবু ঙায়রম্মী।
(থম্বাল থুনা থোক্লক্তুনা তোম্বদা পৈশা পী)

থম্বাল : তোম্বা নঙনা তৌরিবসিনা করিনো ? ইমুংদুদা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফিভমদুদা নঙগী ঈশৈদুনা ওইবা য়াগদ্রা ? ইতৈমনা হায়রিবসিনি শেল থোক্লবা থবক অমা থিনবা তৌসি।

তোম্বা : ইতৈমা ঐ চৎলগে, থোইথোই নঙ লৈহৌরোকো।

থম্বাল : নঙবু ঙাইখোনে, তহা তহা লাক্লগা চৎপা হৌনদে, চাক চারগা তপ্পা চৎলুনে। (তোম্বা ঙহাক লেপ্লগা খুল্লকই)

তোম্বা : ইতৈমা নোংমা লাক্লগা চারগে, খরা থুনা চৎনীংদনা তৌবনি। ইতৈমগী মনাক্তা চৎলি খঙবদা তায়াইমনা ঐঙোন্দা ঙাঙলক্কনি, তাচৌদসু ইতৈমগী মনাক্তা চৎলিবনি খঙহৌবা নত্তে। ইতৈমা নহাক্লা ননাউবু ঈছোকপীগনুকো, করিগুম্বা মতমদা লৈতা-লাইরগী করিগুম্বা অমতং ননাউনা হায়রবদা ইতৈমনা হয়াউ হয়াউ মতেং পাংবীয়ু। চঙজফম পীবীয়ু, ঐখোয় তাচৌগা ঐগনা ইতৈমবুদি নোংমক্তা নীংশিংদবা লৈতে, ঙসিগীদি ননাউ চৎচরগে, ইতৈমনা পীরিবা শেলফম অসিদবু তাচৌনা চৎননবগী ঙাইরমখিগনি।

থম্বাল : কৈদৌবা য়াওরবগে ?

তোম্বা : ইতৈমা তাচৌদো নোংমগী হিদাক অমমম কাপফৌদ্রবদি চৎপা ঙম্বগী মওং লৈরক্লেনে, ইতৈমা ঐ চৎলগে। (চৎখি)

থোইথোই : ইমা নঙনা খঙদ্রদুনা তৌরিনি, বাবাহলদো ফিভম য়াম্না শোকচিল্লেদো।

থম্বাল : (নুংঙাইতনা) নঙগী বাবাহলসে পুম্নিনি থাজরক্লে।
(বাবু হঞ্জিল্লকই)

বাবু : তোম্বা লাকখিবদি চৎখ্রবা, করি হায়ররিনো ?

থম্বাল : লুপা চাম্মা য়াঙ্খে খক্তী দরকার লৈদুনা লাক্লম্বনি।

বাবু : অদুদি পীখ্রব্রা?

থম্বাল : পীখ্রে।

বাবু : ফরে ফরে।
(বাবু মাগী কাদা চঙখি, থম্বালনা মচা থোইথোইবু মখূৎ পায়দুনা ইমূংদা পুশিনখি। ঙহাক লৈরগা সমা লাকই)

সমা : নখোয় নচিল নৌপ্পাবু কনামত্তা লৈতব্রনে! (য়ূম ইখ্খোল য়েংলগা) অহল অমত্তা লৈতবগী ইখ্খোলসে ইশোং শোংলেনে।

থম্বাল : (থোরক্তুনা) ইন্দোমচা।

সমা : থোইথোইদি, বাবুনা কৈদৌরিবা।

থম্বাল : চাক চাদৌগী তৌহৌরি।

সমা : অসুক ঙন্না!

থম্বাল : হন্দক মরকসি ঐখোয় তাচৌদি ঙন্না-ঙন্না ওফিস কারি, ঙসিবুদি কাররোই।

সমা : চাউবা চাউদবা থবক মচা অমা তৌসনলুরবনিনা অচিন্ন অকোম য়েংলগা চত্তবা য়াদবনি।

থম্বাল : ইন্দোমচা।

সমা : নবুংসু নহাল লাক্লম্মে হায় ঐদি উন্নহৌদে, ঐখোয় মমাঙগী ইবোতোন্না হায়রক্লগা ঙরাংদা মখংই।

থম্বাল : চংখিবনি, অদু ইন্দোমচাগদি উন্নরক্তে হায়দুনা হল্লকএ।

সমা : ঐ থবক অমা চখোক্লুবা।

থম্বাল : ইন্দোমচা, ফিরোল হোংদোক্লুবা ইমূংদা চঙলসি। (তূংগা মাঙগা চঙমীন্নে, বাবুনা চাক চাগে তৌরম্বদগী থোরক্লগা মন্দোমচাবু কৌবা)

বাবু : ইন্দোমচা।

সমা : ঐ ফিরোল হোংদোকউখিগে অদুগা ব্বারী শাসি।

বাবু : থম্বাল ?

থম্বাল : করি হায়গে তাচৌ।

বাবু : ইন্দোমচা লাক্লিসে ঙা অমত্তং চামিন্ননবা অৱাং ইনে চাউবীদগী লৌরুরো, পৈশাদি ঐ হোরেল পীরক্লগে হায়য়ু।

থম্বাল : হোয়।
(সমাগা থম্বালগা তূংগা মাঙগা ইমূংদা চঙখি, থম্বাল ফি অমা হোংদোক্লগা থোরকই)

বাবু : ঙাদু খরা হাওগদবা অমা য়েংলকউ।

থম্বাল : তাচৌ। (থোকখি) (সমা ফি হোংদোক্লগা থোরকপদা তারদুনা খুম্লকই)

সমা : ঐগী ওইরদি তৌ লাক্কনু! ইচম চম্না অরৈবা খরা থোং থাক্লগা লোইরে।

বাবু : ইন্দোমচা ঙা চাসি।

সমা : ঙাদি লাইরি, নোংমতসু ইন্দোমচাসি ফিভম ফত্তনা লৈরে খঙলবদি নঙলা, নচল্লা, ঐগীদা লাক্তুনা কমদৌরি হংলবা য়াই। চহী অমগী মনুংদা নোংমা-নীনিগা লাকপনদি কৈদৌনি!

বাবু : ইন্দোমচানা ’সিদা লৈরোসু য়াদে। ইন্দোমচা নথন্তা য়ূম অদুদা লৈবদো ঐখোয়সু নুংঙাইত্রবনি, য়ূমসিসু অহল অমা লৈতবগী য়াম্না পেন্দবা লৈরিপোৎনি।

সমা : ঐ খঙই, লৈরদবনি।

বাবু : হকচাং ঙম্মুদ্রেবু করি ওইননো ?

সমা : খঙদে, ইনুং নুংঙাইতে, নুংঙাইত্রসু নুংঙাইতনা লাক্লীসে মরম অমগীনি, ঙসিদি নঙগা, নচলগা পূন্না ৱারী শারগে হায়দুনা লাকইবনি।

বাবু : শারগা লোইরে।
(থোইথোই চাক চাব লোইরদুনা থোরকই, সমানা থোইথোইদা হায়রকই)

সমা : থোইথোই, নঙগী অচাপোৎ মদুগী খাউদুদা য়াওরিবনি লৌথোকউ। (থোইথোইনা সমাগী খাউদগী অচাপোৎ লৌথোকই, মদু পায়রগা চেঙ্খোকখি। বাবুগা সমাগা ৱারী শাহৌই)

সমা : বাবু নহাকসে চহী ফনা য়াম্লক্লবনি, মুন্না খছুবা মতমদি য়ৌরবনি।

বাবু : চহী য়াম্লগা কৈদৌয়েগে, হৌজিকমক্তি ঐ অনা অয়েক য়াওবসু নত্তে।

সমা : ঐনা হায়রিসে নহাক্লা লমফে অমরোমদা পুথোকপ্লে। ঐনা হায়বদি নঙ লূহোংনবা তৌসি হায়বনি।

বাবু : (ঙহাক খুমদনা) ঐ নুপী থিনীংদ্রেদা।

সমা : মদু য়াদে, নঙনা খল্লিদো ওইবা য়ারোই।

বাবু : নুপী হায়বসিদি থিরসু-থিদ্রসু য়াবা ব্বানি। অদুদা ঐনা হেক থিরুবদা অঙাং অনীসিগী মবুকচেল অমা ওনখিবসু য়াবিবনি। ফরা-ফত্তবসু নুপী অমা যূমসিদা লৈরবদি ইচিল ইপ্পাগী অসুক নুংশিনখ্রবা মরীসি তৎলক্কদৌরিবনি, মরমদি হৌজিক মতমগী নুপীশিংসিদবু কনানা খঙবা!

সমা : নঙগী নবুক্লিংদা নুপীবু অসুক য়াম্না থওইদ্রিবসি করিগীনো?

বাবু : নুপী হাগবসে ঐগী ইফমদদি ওহ্বোক্লা তমথিপ্লে।

সমা : ঐখোয়গীদি নঙনা শাগৈ অসিগী পীবা হায়বদো ওইরিবনি! অদুনা নয়ূম-নকৈ পান্দ্রবদি ধার মুৎপা হায়বদো থোক্কদৌরির্বনি।

বাবু : মদু অন্ধ-বীশ্বশ হায়বদুনি, ঐদি মদুবু খল্লুদে। ঐনা খল্লিবদি মমা মচাসে ফজনা চণ্ডজফম পীদুনা মমিত্তগী মপি তাহন্দবা হায়বর্সিনি।

সমা : নঙনা নচল'সিমা হল্লক্তুনা লৈরে হায়দুনা নয়ূম নকৈ পাল্লু য়াদ্রবদি হযেং তূংদা নঙনা করি ওইরকপা, মদুসু মুন্না খল্লু।

বাবু : ঐ ইশাখক্তগী য়েংলুববদি অরায়বনি। মরাইবক থিরবি ইচলসিগী খল্লুবদা ঐ নুপীকা থিনিংদে, নাকল অমরোমদা নুপীশিংবু ঐহাক্লা ব্বারৌবি।

সমা : (থেমজিনবা) নন্দোমচানা হৌদোকইবা ব্বাসে নখোয়বু ইচা অমা ওইরুবগীনি, অদুগা কবিগুস্বা অমা থোরকপা মতমদা ঐখোয়গী কনা লৈতেদো, অদুনা নয়ূম পান্দবা য়াদবনি।

বাবু : ব্বাফমদুবুদি চুন্মী, ইশাগী ফিরেপ অমগীদমক ঐহাক্লা লেপ্লীবসে 'সিমদংদি পছুং য়ৌহন্নীংই।

সমা : (খঙ্থে) ঐ ভাব তারে।

বাবু : ইমা ইপানা ফজনা নাওকোনবীহৌদ্রবা ইচিল ইপ্পাবু ইন্দোমচানা পূম্নমক হোৎনবীরকই হায়বসে কাউবা লৈত্রি।

সমা : নন্দোমচাদি নোংমগী শোঙ্জীল্লকই, নখোয়না তৌহৌগদবসি খল্লুবদা ঐ হায়ফম খঙদে।
(থম্বাল পরপ পরপ হল্লকই, ঙা পুরক্তে মদুদা বাবুনা হংলকই)

বাবু : (মচলদা ওনশিল্লগা) কৈদৌরে নশা ঙাক্তা লাক্লদি!

থম্বাল : তাচৌ ইনেদু কৈথেল চৎখ্রমানে।

সমা : (মরক থৎনা) য়ারেনে, অরৈবা অমা থোংগৎলগা লোইরে।

বাবু : কুইরোইসে, ঐ কৈথেলদা চৎলগে! থম্বাল নঙনা করি করিনো য়েংশিল্লম্মো, ঐ থুরক্কনি। (বাবু ইমূংদা চঙলগা সো পুথোক্তুনা থোরকই) ইন্দোমচা ঐ কুইরক্লোই লৈরগা হল্লক্লদবনি।

সমা : চৎলুরো চৎলুরো। (বাবু থোকখি, গাড়ী থৌদোকখিবগী মখোল তাই, থম্বাল ইমূংদা চঙগে তৌবদা সমানা কৌরকই) থম্বাল ঙাইখো, চাকখুমদু কোন্না ইন্দোমচাগা চঙমিন্নরসি।

থম্বাল : ইন্দোমচা করি লৈরে।

সমা : ঐনা হায়রক্কদৌরিবা ব্রাসে নহাক মুন্না খল্লগা খুন্নক্কদবনি।

থম্বাল : ইন্দোমচা।

সমা : নঙনা হৌজিক লৈরিবা ফিভমসিদা ইন্দোমচানা মুন্না খল্লগা হায়রক্লবনি, ঐদি নঙসে অফবা নুপা অমা য়েংলগা নয়ূম পালহন্নীংই।

থম্বাল : (ঙহাক তূমিন লৈরগা) ইন্দোমচা, ঐ য়ূম অমুক হন্না পান্নীংবগী আশা লৈত্রে।

সমা : করিগীনো, নঙ নহানি।

থম্বাল : ইন্দোমচা, য়ূম অমুক হন্না পানবগী ব্রাফমসিমদি ঐঙোন্দা হৌদোকপীরনু।

সমা : অঙাং অসিগী ওইরগদি ঐনা কোনগনি।

থম্বাল : মদুগী নত্তে, নুপা হায়বা জাৎসে ইম্নিৎসিনা অমুক হন্না য়েংনীংদ্রে।

সমা : নুপী ওইবী ঐখোয়দি খোঙকাপ অমা থাংদোকখিবদা হঞ্জিলফম লৈতবনি। অদুনা য়ূমদা হল্লক্তুনা লৈবা হায়বসে সমাজগী মীৎয়েংদদা নত্তনা, লৈকায়গী, য়ূম্লোন কৈরোন্নবা ফাওবদা, নীংথিনা ঙাঙনবীবা কনা লৈতে। বদনাম কয়া'মা পাউথোকপীদুনা হম্বনা খনবদা মঙাই, থম্বাল নঙসে ঐগী কনা নত্তেনে।

থম্বাল : (মপি ঈরা চেন্না) ইন্দোমচা।

সমা : নহাক হনু হম্বী নত্ত্রি, নশাগী তূংগী পুন্সি য়েংদুনা হিংবা তাবনি, হিংদবা য়াদবনি।

থম্বাল : নুপী হায়বী খূদিংমকসে করিদবু ফজনফম লৈরিবগে, খুরৌ চাম্মা চাম্মনা লাঙ্গোই চন্দুনা লৈবগুম্বনি।

সমা : নঙ অমগী ননুং লেল্লগসু, নবুং অসিনা ময়ুম মকৈ পাল্লকপা মতমদা নঙগী চঙজফম চাওনা লৈতেনে, নন্দোমচা ঐনা কয়াম কুইনা হিংখিনীসু খঙপোনত্তে।

থম্বাল : অদুবু ইন্দোমচা ...।

সমা : (মরক থৎনা) নিঙোল হায়বসিদি য়ূম্মাক শাগে লৈতে হায়রগসু শাগে অমদদি শৈদাংদবা তঙাইফদে। মসিনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ কন্নফম্নী।

থম্বাল : (খল্লগা) ঐদি অমুক হন্না য়ূম পাল্লরোই।

সমা : ইন্দোমচানা হায়রিসে পূম্নমক্কী অফ-ফত্তা মুন্না খল্লগা হায়রিবনি।

থম্বাল : ঐগীদমক্তদি খনবীরুরনু, লাইবক্তা তস্রকপা পম্নমক্তো বিধিনা ফংলকপা মহৈদুদা ঐগী পুন্সি লেপখ্র... .

সমা : (ঙহাক তূমিন্না লৈ, ৱাখল তৌই) ফরে ফরে নঙগী নবুকসে ঐ খঙলে।

থম্বাল : (কপ্না) লাইবক থিরবী ঐগী পুন্সিসে ইন্দোমচাগা তাচৌগনা কনবীয়ু। মীওইবগী পুন্সিদা অমুক হন্না য়ূম পান্দ্রবসু য়াবা মপোকসে সমাজগী চৎনবীনি হায়দুনা নুংঙাইফম খঙদনা লেনহনবীনু। (থম্বালনা মন্দোমচাগী মখোঙদা কোন্দুনা ঙহাক লৈ, সমানা কোনখৎলি)

সমা : সমাজগী মীনোকপু কিদুনা লম্বী অমরোমদা লমফৈ চৎখিগদ্রা ইন্দোমচানা খন্দুনা নঙগী তূংগীদমক হায়বনি, ইচাসিদি নঙনবু নবুক্লিংদা অরেপ্পা অমা লৈখ্রবদি অদুমঙাইরে।
(থোইথোই লৈখোম লৈনাং ইতে তৈনা চঙলকই, থম্বালনা হেক উবদা ঙাঙলকই)

থম্বাল : লৈখোম লৈনাং ইতে তৈনা অমুক চঙলক্লবদি কৈদৌরুরে।

থোইথোই : (কিনা) বেমবেম, নাওচাহোয়গা অমাংবী শান্নবদা মখোয় মমাঙগী খোংবান্দা তুশিল্লিনি।

সমা : চৈবীরুনু, (থোইথোইদা ওনশিন্দুনা) চৎলো চৎলো নখোঙ নখূত্তু নীংথিজনা হামদোক্লুরো।

থম্বাল : নোংমতা তরু তনান্না লৈয়ু য়াদবনি। নঙ লম য়াম্না হেল্লবদি ফুবা শোয়দ্রবনি। (মখূৎ পায়দুনা থোইথোইবু থম্বালনা ইমূংদা পুশিনখি)

সমা : অঙাংদু থেম-নৌদনা, নীংথিজনা ব্বারক ব্বাতেম্মু, মীনা তাথ্রগা ফজদেকো।
(বাবু কৈথেলদগী হল্লকই, মখূত্তা ঙা অমা পায়রগা চঙলকই)

বাবু : ইন্দোমচা, ইবেম্মগা ঙাসি থোংননবা চাকখুম চঙবীরক্লো, ঙসিদি পূন্না ইন্দোমচাগা চাকসি চামিন্নসি।
(বাবু ঙাঙনা ঙাঙনা ইমূং চঙখি, সমানা খুম্না খুম্না মতূং ইল্লি)

সমা : হোয় হোয়।

- ওফ -

# নিপানশুবা মতাং

মফম ঃ লম্বী (লমহাং ময়া)

মতম ঃ নুমিদাংবাইরম

(তোমপোক পিশকতোম্বী নোক নোক্তুনা লাকমীন্নে)

তোমপোক : ঙসিগী সিনেমাদুবু কমদৌবগে ?

পিশকতোম্বী : য়াম্না নুংঙাইজখ্রে। নোংমতগা অমুক য়েংমীন্নবা হায়দুনি, মথংগীদি ঐনা অমুক ককচবা তারে।

তোমপোক : য়েংসেবু হায়রবদি ঐনা ককচগদবনি।

পিশকতোম্বী : অতৈদি লায়রি, ঐবু নুংশিবীয়েসু হায়বীরে কদাই ফাওবা তাদনা ঐগীদমক কখোকপীবা ঙম্বীদৌরি।

তোমপোক : ঐদি ইথন্তনি, য়েৎপীনবসু কনা লৈতে। ঐগীদা নখোঙ থোংনা লাক্রবসু ঐগী ওইনা লাপ্তক্লা লৈবীরগা লোইরেদা।

পিশকতোম্বী : য়াম্না পূকচেল চাউইদা, ঐসে তাদগীসু ওইরবনি। হৌজিক হৌজিক্তি মখোয় ইমূংসে তোঙানসু চানরে, ইঙ্খোল-লৌশিং য়েন্থোক্লগদবগী ৱাসু লোইনরে। তাদ ঐবু লান্না খনবীনু, ঐদি মশক মতৌ ফজবা, শঙ্গা তৌবা তাদহোয়দবু ঐগী মী ওইনীংই।

তোমপোক : অদুনি অদুনি।

পিশকতোম্বী : তাদগা ঐগা উন্নগদবা মতমসে হেক হেক খঙদোক্লবা তঙাইফদেদো, হায়বদি ঐদি হেক্তা থোরক্তুনা ঙাইরমদৌরিনি।

তোমপোক : অদুগীদি ঙসাই ঐখোয় অনীনা সিনেমা হোল চঙদ্রিঙৈদা ফম্বা দুকান্দুদা পাউ অমা পীবদা ঐ হেক্তা য়ৌরক্লে খঙউ।

পিশকতোম্বী : অদু ওইরদি ফরেনে।

তোমপোক : নুমিৎসু তাশিল্লক্কদৌরে নঙসু ঙসিগীদি য়ৌশিন্নবা তৌরো।

পিশকতোম্বী : (মরক থৎনা) ঐনা হায়বা ব্বাদু'মদি থবক ওইনা পাঙথোকপীদবা য়াদেকো।

তোমপোক : ফনদি লূই, অদুবু নঙনা হায়রবনিনা তৌবা তারে।

পিশকতোম্বী : (ওইননা) অদুদি লৈরক 'সিদা চঙজহৌরগে।

তোমপোক : য়ারেনে। (পিশকতোম্বী চঙহৌই, তোমপোক্তি খল্লি) মী অমবু ঐনা হাৎপা, কমদৌনা পোলিসি তৌরগা লোইশিনদৌরি! মানা হায়রম্ববু লাক্লিবা মথংগী নোংমাইজিং নুমিত্তা থোইথোই মমা মচাগা, মবুংগা তোম্বগীদা চাক চারদৌরি, নুমিৎসিদা থবক অসি পাঙথোকউ! (খল্লি, মোমোন নোক্লগা খূৎ কাপ্পী) লৈরে, শুমদৌরদি মায় পাক্লনি। (তোমপোক মোন্দা নুংঙাইনা হনখি)

- ওফ -

# মাপলশুবা মতাং

মফম ঃ চাউবগী য়ূম

মতম ঃ অয়ূক (তাল্লক)

(য়ূম অসিগী মাঙ্গোল লময়াইদা শম্বল অনী খারি, নাকল অমদা চাউবা শোল্লি শোল্লি থোরকই। খোমদোন্না নাকল অমদা লেপ্তুনা ময়াম্ববু য়েংই, কৌগে খল্লি কৌবা ঙমদে)

খোমদোন : (ব্রাখল) ঐগী ইয়াম্বনা শোল্লক্লবা ফাওবদা তোঙান চানরবনি হায়দুনা ঐনা হন্না য়েংদবসি চুমলিব্রা ? মীগী মীৎয়েংদসু ইমূং অসি শম্বল খা দুনা ফিভম অমা ওইনা উহল্লিসে ঐনা পিশকতোম্বীদগী মব্রা লৌরুবদগীনিকো ? মহাক্লা হন্দক মরক য়ূমসিগী মখাদা লৈরক্ত্রিবা ’সিনা করিগী ! ইমূংসিদা ওইরক্লীবা ফিভমসে হান্না ওইরম্বা নত্তে, ঐসিসু ব্রাখল য়াম্না থেনমনখ্রে, (খোঞ্জেল থোক্লা) ঐনা তৌরিবসি চুমদে, নুপীগী খূদোম্বীদা ঐসে লৈরবনি।

চাউবা : (তপ্না) খোমদোন নঙবু কৈদৌরবগে ?

খোমদোন : ননাউ য়াম্না নীংঙম্মক্ত্রে, ননাউবু ঙাকপীয়ু।

চাউবা : নয়াম্বনা নখোয়বু কৈদৌঙৈদা লান্না খক লৌদে, ঐখোয় ইচিল ইনাউ অহুম নুংশিননা লৈবদু হৌজিকসু পাম্বনি। নয়াম্বদি নোংমা নোংমগী ফিভম শোকচিল্লকপনা কয়াম কুইনা পুক্নিখিনি খঙপোনত্তে। পাঙ্গলসিনা খরা খরা থোকপা ঙল্লীঙৈদা হায়দুনা ঙসিসি থোইথোই মমা মচাগা, নবাই ইবুংঙোগা চাক চরা অমত্তা চামিন্নসি হায়দুনা ঐনা কৌবনি, নঙসু য়াওগদবনি। ঐখোয় পূন্না ঙসিদি চাকসে হরাউ হরাউ চামিন্নসিকো।

খোমদোন : (নুংশিনা) তাচৌ।

(মরকসিদা থোইথোই চেল্লকই, বাবাহল কৌরকই)

থোইথোই : (কন্না) বাবাহল, হো বাবাহল। (থোইথোই লাকপদা খোমদোন্না মচাবু কৌজবা ঙমদে, ইমুংদা ওইনা চঙখি) ঐখোয় বাবানা ঐবু উরগা ইমুংদা চঙখ্রিবসি বাবাহল, ঐবু শুকনুং নুংশিদমানে!

চাউবা : করিগী নুংশিদনি, ঙসিদি নঙ বাবাগা পূন্না চাক চামিন্নদৌরবনি। (তাঞ্জাসিদা য়ুমগী মপান্দা মীয়াম লাংনবা তাই, খরনা পুলিস্তা শিন্নগনু ঐখোয় ব্রারকসি লাওই। তোম্বসু ইমুংদগী ফিংনা চেহ্লোকখি)

তোম্বা : কনা কনা কৈদৌনরবনো?
(থোইথোই মখূত্তা পায়রকপা কবোক মাগী বাবাহলদা পী)

থোইথোই : বাবাহল ঐদি করিমত্তা পুরক্তে, কবোকসি ওইনা চাসি। (চাউবনা থোইথোইদগী কবোক্তু হাওনা চারি, থোইথোইনা মাগী বাবাহলবু মুন্না য়েংজে, ঙহাক্কী মতুংদা চাউবগী ময়াদগী ঈ তারকই, শ্বর ফুনবা হৌরকই। থোইথোইনা পাখৎলদুনা লাউরকই) বাবাহল কৈনোমা তৌরে (কন্না)! (খোমদোন ইমুংদগী চেহ্লোরকই, ময়াম্বগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মকোক্তা শ্বরনা কাম্মী, থোইথোইনা পাখৎচনা বাবাহল হায়না কৌদুনা মখূত্তু চিংই। থম্বাল, বাবু চঙলকপদা তৌরি মতৌদু উবদগী কৈদৌরে হায়দুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা মশা নোম্মী, বাবুনা হোসপিটান্দা পুননবা তৌসি হায়রকই)

বাবু : খরা থুনা হোসপিটান্দা পুননবা তৌসি।

থম্বাল : তোম্বদুনা কদাইদা চৎখ্রে! (থম্বালনা তোম্বা কৌই) তোম্বা, নঙ কদাইদা লৈগে?

খোমদোন : ইবাই।
(তোম্বা চঙলকই, তৌরম্মীবদু হন্না য়েংদনা)

তোম্বা : তায়াইমা, ইতৈমা অতোম্বীগা তোমপোক্কা মখোয় অনী লৈকায় মীয়াম্না ফারগা হৌজিক্তা পুলিস্তা শিন্নখ্রে।

বাবু : তোম্বা মদু ব্রাদু তোকও, ইবাইসি হোসপিটান্দা অমুক্তা পুখৎনবা তৌসি।

তোম্বা : (ময়াম্বগী মতৌদু উরকই) কৈদৌখ্রবগে?

খোমদোন : ইবাই, ডাক্তর অমত্তগা হান্না কৌদুনা য়েংহনসিরা।

বাবু : হোসপিটান্দা ওইনা পুখৎলসি।

থম্বাল : (পাখৎচনা) খরা থুনা পুখৎপনা ফরনি।

তোম্বা : ইবাই ইবুংঙো গাড়ীগী শোদু অমুক্তা পীবীরকউ, ঐ ষ্টার্ট তৌজরম্লগে। তায়াইমগা ইবাই ইবুংঙোগনা তাচৌসি পমদুনা পুথোকপীরকও।

বাবু : (ফুরিৎখাউদগী শো লৌথোক্লগা) 'সে সে (পী)।
(তোম্বা চেম্থোকখি, গাড়ী ষ্টার্ট তৌবগী মখোল তাই। বাবুগা খোমদোনগনা চাউববু পম্লগা পুথোকখি। থম্বালনা নীংঙমদনা মপি ঈরা চেন্না লৈহৌই)

থম্বাল : থোইথোই নঙগী বাবাহলসে করি তৌবদগীনো?

থোইথোই : ঐনা কবোক পীজরুবনি।

থম্বাল : নঙদি কদাইদগী।

থোইথোই : নুপা অমখক্লা ঐবু থম্বালগী মচা নত্রা, ওম্থোক্লসু চাওরমলে হায়দুনা কবোক পীরম্বনি।

থম্বাল : নঙোন্দা পীরম্বা মীদুদি খঙব্রা?

থোইথোই : ইমা অতোম্বীগা মরক মরক্তা য়ূমসিদা ব্বারী শান্নবা তোমপোক অদুননি।

থম্বাল : মখোয়গী পূকচেলসি ওম্থোকপনিকো।
(পুথোক্লুবদগী অমুক পুশিল্লকপা)

বাবু : (নীংঙমদনা) থম্বাল নতৈ ইবুংঙোসি য়াদ্রে, নমা নচাসু ইমূংগী করি করিনো তৌশিল্লুরো।

থম্বাল : (মখোল থোক্তনা কপ্পী) !

বাবু : (নুংঙাইতনা) ওম্থোক্লা নীংঙমখিদ্রে। তোম্বা, খোমদোন, নচিল ননাউনা তৌবা য়াবা তৌশিল্লো, লৈকায়গী অহল লমন হায়গদবসু হায়নবা শীন্দোক্লরসি।
(বাবু, থম্বাল, থোইথোই মখোয় অহুম লেপ্পুনা লৈ। তোম্বা ময়াম্ববু নীংশিংলগা কপ্পী, খোমদোন্না নীংঙমদনা হায়রকই)

খোমদোন : ঐনা ৱাখল থেনবনা ইয়াম্বগী পুন্সি নুংঙাইফম খঙহনখিদবনি, লাঞ্জব্রা থম্বাল নমা নচা নখোয় অনীবু ঈষ্বোক্তুনা ওৎখিবা অসিগী মহৈসে ঐ ফংফম থোকই, ঐসে য়াম্না ফত্তবা মীনি।

বাবু : খোমদোন।

খোমদোন : ইবাই, নশেলনা ৱাখল থেন্দুনা নত্তবা লম্বীদা চৎলুরে, ঙাকপীফম থোক্তবা ইরালসে অমুক্তা ঙাকপীযুনে। ঐনা ইয়াম্বা, ইনাউ অমদি থম্বাল মমা মচাগী মফমদা চৎহৈদ্রবা লীচৎ কয়া চত্তুনা অৱাবা কয়া পীখ্রে। হৌজিক্তি ঐগী ইরালসে খঙলক্তুনা ঙাকপীনবা ইবাইখোইদা হায়জরি। (থম্বালদা অমুক ওনশিল্লগা) থম্বাল, ঐনা ওক্তবদগী নঙগী নফমদসু নত্তবা মীৎয়েং য়েংখ্রে ঐবু ঙাকপীররোইদ্রা ? (তোম্বদসু) তোম্বা নঙসু কপ্লগনু ইয়াম্বগী থম্মোয়সে পুবা ঙমদ্রে। নঙগী নফমদসু ইয়াম্বা লাল্লে হায়জরি। (মপি তানা) নখোয় খুদিংমক্লা ঐবু ঙাকপীয়ু, ঐ হৌজিক্তা নীংঙল্লক্রে।

বাবু : (নুংশিনা) খোমদোন নঙনা জ্ঞান তারকপসিনি নবাইনা ঙাইরকইবসি, তোম্বা নঙসু কপ্লগনু, ঐখোয়সু নোংমা নত্তগা নোংমদি শিগদবা মীওইবনি। থম্বাল নঙসু হৌখ্রবগী খল্লগা পেন্দবা তৌরনু, অমুক হন্না খোমদোনগা নঙগা যূম্বালমীন্নদুনা যূমসিগী অহল'মা ওইনা, তোম্ববু কোল্লু। লৈখিদ্রবা ইবাই অসিগী কর্ম্মসিসু নীংথিজনা পাঙথোকপদা তারবনি।

থম্বাল : তাচৌ। (খোমদোনগী মনাক্তা চঙশিল্লগা) ননাইনুপীনা ৱাখল থেনবননি, ঐগী চঙজফম পীবীয়ু।

খোমদোন : থম্বাল (নুংশিনা)!

তোম্বা : ইতৈমা নঙনা যূমসিদা লৈদুনা ঐবু নচাশক্লা নাওকোনবীয়ুকো।

থম্বাল : (নুংশিনা) ইতৈমগী ইবুংঙো।

বাবু : হৌজিক্তি নখোয়না জ্ঞান তারকপসে ঐ পেল্লে, ইবাইসিদংগা লৈজরল্লবদি কয়াদা নুংঙাইগনি। (মপি তৈথোক্লগা) ফরে, ইবাইগী মথৌ লোইশিন্নবা অহল লমন খরা খোমদোন নঙনা হায়রু খোৎলুরো। থম্বাল নঙনা ইমূংগী লোইশিন খোমজিনবা য়াবা খরা

তৌরুরো, ঐনা বৈত্য ওইবীননবা মাইবা অমতং কৌরুখিগে ! তোম্বা নঙনা তৌবা য়াবসু তৌশিল্লম্মু ।
(বাবু থোকখি, থম্বালনা মচাবু মখূৎ চিংলগা ইমুংদা পুশিনখি । খোমদোন্না ইমুংদা অমুক চণ্ডলুরগা থোরক্তুনা লৈকায় মী কৌবা চংখি, তোম্বদি মমিত্তগী মপি তানা থোংজিন্দা লেপ্লগা উংই)

তপ্না তপ্না ফিজং চিংশিল্লকই

(লোইরবা)

## ড্রামা মীকোকশিং

| নুপাদা | | চহী |
|---|---|---|
| ১) | মী[১] | ৩৩ |
| ২) | মী[২] | ৩৬ |
| ৩) | হৎঙোইগী মী | ২৮ |
| ৪) | ষণগী মী | ৩৪ |
| ৫) | লিনগী মী | ২৮ |
| ৬) | কাকফৈগী মী | ৩০ |

**নুপীদা**

| | | |
|---|---|---|
| ১) | নুপী | ৩৬ |

অইবা : মুতুৱা তোম্বা
দিরেক্টর : সিংহজিৎ শর্ম্মা
শান্নখিবা : আজাকো, ইম্ফাল

# অহানবা সীন

(ষ্টেজগী য়েৎ থংবা ফাষ্ট উইংদগী মী অমা চেল্ছোরক্লগা ষ্টেজগী ময়ায় চবুক্তা লেপ্লগা নোংথক্তা য়েংখৎলি, অদুগা কোয়না চেল্লি। রাওন্দ কয়া কোয়দুনা লৈ, লেপ্লা লৈতনা অহুল্লক কোয়রবা তুংদা লাইট মমখি, অঙাঙবা অমখক্তং চেনবা লেপ্লীবা মীসিগী মপাদা পীৎ পা পীৎ পা তৌদুনা লাইটসি কাপশিল্লি। মুন্না মীসিনা লাইটলোমদা য়েংই, অদুগা মখূৎ অনীনা অচৌবা মতৃম তাব মানবা অমা ভাবনা শারগা লাইট কাপশিল্লকইবা অদোমদা লংশিনখি। মদুসু মুন্না য়েংই, মঙোললোমদা হন্দোরকপগী মওংদা মহাক খরা হন্দোকই, তপ্না তপ্না চঙশিল্লগা মঙক থাংগত্তুনা য়েংই। নোকফেৎ তৌই, চোঙখত্তুনা মথন্তা খূবাক খুই, অমুকসু য়েংলগা মমিৎ শুকলকই। কিবগী মওংদা খরা খরা হন্দোকই (চখোকই), লাউরকই। আ আ আ হায়বা খোঞ্জেলসিনা নীল্লি, কিবগী মওংদা কোয়না ষ্টেজদা চেল্লি। মশীং খঙদনা মহাক্লা লাওই, মথংদা মহাক লৈমায়দা হিপ্তুনা খাঙই। মায়কৈ মরিদগী মী মরি থোরকই, ফাষ্ট অপকী (লেফট সাইদ) মীসিনা ফল্লগা চোং চোংদুনা থোরকই (হঙোইগী মওং ওইনা), রাইট সাইদকী মীসিনা ষণ শারগা থোরকই (ষণ মওং মান্না), দাওনগী (লেফট সাইদ) মীসিনা মশা মথেক মথেক তৌদুনা লৈমায়দা শীৎলগা থোরকই (লিন মান্না), রাইট দাওনগী মীসিনা হিপ্লগা মখূৎনা মখোঙনা ইল্লগা থোরকই (কাকফৈগী মওং মান্না), লৈমায়দা হিপ্তুনা খাঙলিবা ষ্টেজ ময়ায়গী মীসি হৌগৎলক্তুনা চুথেক মরিদা য়েংই, করিমত্তা লৈত্রে হায়বগী মওংদা মঙক নোম্মী। ইহান হান্না মানা মতৃম তাব পোৎ অমা লংশিনখিবা অদোমদা য়েংলকই, হন্দক্তি উবা ফংদবগী মওংদা মখোঙ কাংখত্তুনা মঙক নোনখত্তুনা য়েংই। হঙোই মানবদুনা মীসিগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মখোঙদা মরৈনা লেকপা হৌরকই, ষণ মানবদুনা মীসিগী মখূত্তু লাল্লগা চিংথোকই, কাকফৈ মানবা জীবসিনা মখোয় অহুম্বু ঈছুরগা ননশিন্নবা হোৎনৈ। মীসিনা ভাব তারকপগী মওংদা মখোয় অহুম্বু ঈছোক্লগা হাৎননবগী খৌশাই। ঙহাক ওনশিন্নদুনা খৌশানরগা চঙশিন্দুনা নমনৈ, মীসিনা ঙমদুনা জীব মখোয় অহুম্বু মচি অমদা চিংশিল্লগা থম্মী, য়েংলগা ঙহাক লৈ। লিন মানবা জীবসিনা চঙশিল্লক্লগা মীসিবু হাৎননবা খৌশাদুনা চঙশিল্লকই, মীসিনা খঙলদুনা মাগা ওনশিন্নদুনা নমনৈ। মীসিনা ঙল্লদুনা

লিন মানবসিসু জীব অহুমদুগী মনাক্তা চিংশিল্লি। মখূৎনা মখোয় মরিবু পোপ পোপ ফুরগা শেত্তুনা চাবগী এক্ট তৌই। ঙহাক্কী মতূংদ ফার্ষ্ট লেফটগী শুং-তাই, কোট অমুবা লিংপা মী[২] থোরক্তুনা মী[১] সিদা মুন্না য়েংলগা লৈ)

মী[২] : নঙনা ঙম্বা মখৈ চাথোক্তুনা অহাঙবা মালেম অমা ওইহল্লু, ঐনা নঙবুসু অমুক হাণ্ডোল্লগে।

- মৈ মন্মী -

# অনীশুবা সীন

(মী[১] না মী[২] সিগী মশক উবদা চেনগে তৌই, মী[২] সিনা খূদোম্বী থিন্দুনা লৈই অকোয়বা অমা ভাবনা চিঙই)

মী[১] : নঙ চেনবা ঐগী খূত্তগী শুঙম ঙল্লরোই।

মী[১] : ঐ ৱারে, চাবা চাদবা ঐ লৈই অকোয়বসিদগী থোক্লগে।

মী[২] : ঐনা পীরিবা লৈইসিগী মনুংদা নখোয় খূদিংমক লৈয়ু, অশিবসু অহিংবসু! লৈইসিগী ৱাংমদা হেক থোরকপদা নখৌরি চরম মেত্তুনা নঙক্তু থৎকনি।
(উইং অমদগী নুপী অমা থোরকই, মানা মী[২] চাগদৌগী মওংদা য়েংই, অমুকসু মশা মথন্তা মখোঙদগী মখূৎ মশা য়েংলগা ফাক ফাক নোকই)

মী[২] : করিগী নোকই।

নুপী : নঙবু ঐনা হাৎপা ঙমগদ্রা য়েংলিবনি।

মী[২] : নঙদি নুপীনি অমুকসু ঐনা নঙবু মিৎ থাক থুপ্তে।

নুপী : অদুদি নঙ কনানো ?

মী[২] : ঐবু য়েংঙউ, ঐগী ইশাদা মালেমসি তূমহনবা ঙম্বগী শক্তি অমা য়াওরি নঙ কিদ্রা ? অদুনা ঐনা হায়বদা ইল্লু! ঐনা তৌ হায়বা খূদিংমক ইনবা তাই।

নুপী : ঐসু নঙবু ফাদুনা থম্লনবগী শক্তি লৈ, তঙাইফদনা নঙগী ননাক্তা লাকলিসিসু খঙহন্নবগীনি।

মী[২] : পূম্নমক্কী চুপলিদি ঐনা পায়রবনি, নঙনা ঐবু ফা পূন্দুনা থম্বা ঙম্বগী শক্তি হৌজিক্তি লৈররোই।

নুপী : য়েংঙউ, নঙগী নমিৎ নখোঙ নখূৎ অদুদা অমুক্তং! লেং-খোত্তুনা চৎপা ঙমহনবগী শক্তি ঐনা পীবনি। ঐবু নঙনা খঙদ্রে, কুইনা হিংহনগে নত্ত্রগা শিহল্লগে হায়বসে ঐগী মিৎ অনীসিদা লৈ।

মী[২] : ঐদি মী ওইরবনি, নঙনা হাৎপা ঙম্বগী থৌনা অদু ঐঙোন্দদি উৎপা ঙম্লরোই। নঙনা ঙমগদবদি য়েংউ, হৈবোঙ মনুংসিদা লৈরিবা জীবশিং অসি হাৎপা ঙমগদবদা মঙাইরে, পোৎ অমদগী মপুং ফারক্তুনা চাওখ্রবা থোক্লবদি নঙনা কৈদৌনুংদা মাঙহনবা ঙম্লরোই।

নুপী : ঐনা ইশা লোংদুনা তিল শন্দোকহল্লিবা মালেমসে নঙগুম্বা অমনা ঐগী মহুৎ শিন্দুনা চুকলি পায়রকপা তারবদি, ঐনা শেমগৎচবা মালেমসে অমুক থুগাইবা তাই। অশোয়বা জীব ময়ামগী জগৎ ঐনা য়েংদুনা লৈবা হায়বসিসু ওইথোক্তবনি।

মী[২] : অদু ওইরবদি, নঙনা ঐবু মী অমা ওইহনবগী পেন্দবা উত্তুনা নঙোন্দা অমুক্কসু ওনশিন্দুনা চাব তারে, ঙসিদি ঐগী খূৎশাশিং শাংদোক্তুনা নঙবু ঐগী শান্নপোৎ ওইবা তারে, মীরাংনা মচাশিংগী মহুমদা মথৱাই থাবদু নীংশিংউ।

নুপী : (লাউই) ঐবু কনবীয়ু, য়েংহৈদ্রবা লীচত্তো ওইরক্কনি।
(নুপীসি কোয়চেন চেল্লী, মী[২] না তপ্না তপ্না নুপীসি তান্নে, চোং ফন তৌদুনা অমুকসু য়েংই। লৈইগী মনুংদা লৈবা মীশিং লোইনা হৌগৎলি। মখোয় লোইনমক মান্ননা মখূৎ ওয়না মনাকোং মেনশিল্লী, অদুগা য়েংনা মনাকোং নাম্মগী ময়াদা খন্দুনা তাই, অমুকসু চপ মান্ননা লাউরকই)

ময়াম : ঐখোয় মপান থোক্কে, নতেংসু পাংবীগে! চিংনদনা ঐখোয়বু থাদোকউ, থা থৱাম্মিচাক গ্রহশিংদা নত্তনা জীব কয়া কয়া লৈবা মফমদা ঐখোয়সু মখোয়গুম য়ৌরুগে। তৌবা ঙম্বা কয়া উৎপীগে, ঐখোয়বু ফাজিন্দুনা থম্বীগনু। থৱাই মশেলনি, মীনুংশি অমুক্তং থম্বীয়ু। ইনীং তম্না অহাঙবা মফমদা ইতৃ ইমান খিক্তোক্তুনা চোং-ফন অমুক্তা ঐখোয় শান্নজগে, অতৈমক য়াদ্রবসু ঐখোয়না লৈরিবা মফমসিদগী থোকহৎ-দুনা মনীং মখাদদি তমহনবীয়ু।

নুপী : ঐনা নখোয়বু নীংথিনা কোনবা ঙমদ্রে, মপীদগী মচা, মচাদগী মপী মশক খঙদবা কয়ানা মারক্কদৌরে।

মী[১] : (নোকই)? (লৈই মনুংদগী মী[১] না হায়রকই)

মী[১] : ঐদি অশেংবা মপীনি, অপাইবা নুংশিৎ অমনা হুমজিনবীদুনা মীরাং অমদা থূহনবীরে।

নুপী : পুম্নমক্কী ৱাখল মান্নে, অমনা অমদগী হেনদে। ঐনা খল্লিবা'সিদনি নখোয় ময়ামগা মান্নদ্রিবদি।

মী[২] : নখোয় খূদিংমক্তি নথবাই কনবা জীব অমত্তা নত্তে। মীরাংনা লানবন্দ শারগা নশা নথন্তা শেৎ শেত্তুনা চাজরগা নথৱাইদু মাঙজখিগদবা জীবশিংনি। মদু থোক্লনবা ঐনা চুক্তি য়ুংশিনখ্রবনি। ফনা কন্না নখোয়না হোৎনরবসু, মপান থোক্লক্তুনা মালেমগী মশক অমদি মতমগী খোঙচৎ খঙবা ঙম্লরোই।

নুপী : ঐখোয় লোইনমক হিংমিন্নরসি, নঙনা ঐবু নমানি খন্দুনা হৌজিক্তি ঙাক শেন্দুনা থম্মু।

মী[২] : ঐ মদু খল্লোই, মীরাংগী তিলশিংসু হাৎকনি, নখোয়সু মচেৎ মচেৎ ঐনা শেত্তুনা চাগনি।
(মী[২] না কোয়থৎ থত্তুনা নুপীসি ফায়, অদুগা মখূদাং পায়দুনা চিঙই)

নুপী : হৈবোঙ মনুংগী তিল নখোয়না মপানগী লোলচৎপু খঙবা ঙমদ্রবা, য়েংহৈদ্রবা লীচৎশিং কয়া কয়া ইথক্তা ননশিন্দুনা ঐনা খাঙলিবসে উদৌবসু মানদ্রে।

মী[২] : ঐদি চাংয়েংতনি, অরেপ্পা লৈরোই। খঙউ, ঐগী মহাওসু নঙ তংউ।

নুপী : ঐনা হৈবোঙ মনুংগী তিলশিং নখোয়দা থৱাই অমমম পীরবনি। ঐ কন্ননবগী নখোয় থোকপা ঙমজরো।
(মী[১] সি থোরকই)

মী[১] : থৱাই পান্দবদগী পানবা ফাওবা ঐ হৌজিক্তি উবা ফঙলে।

নুপী : (য়াম্না চোকথনা) নঙদি ঐগী থৱাই ওইবনি, নমাঙদা লৈরিবা য়েক্লবসি মাঙহল্লু। (মী[২] না নুপীসি থাদোকই, মী[১] না মী[২] সি ফাগদবগী তান্নে ঙমদে। মহাক ৱাবগী মতৌ তৌই)

মী[১] : ঐ ৱারে, মাবু থেংনবা ঙম্বগী থৌনা ঐঙোন্দা হৌজিক য়াওদ্রে। (ঙহাক ৱাখল তৌই) নুপীসি ঐগী কনানো? ঐ নীংশিংলক্লে, অদুঙৈ কুইরবগী ৱানি। মাগা ঐগনা মালেমসে ঙাক্তুনা লৈরকখিবনি। (নীংশিংবা, লাইট লোইনা মম্মী। নুপীসিনা লৈরিবা মফমসিদং অঙাঙবা লাইট অমনা মঙোন্দা কাপশিল্লী)

নুপী : (কন্না কৌই) ওই, ওই, ওই! আ, ঈ, ঈ! (মথন্তা শুকথনা চিন্তা তৌই) ঐ ইথন্তা লৈবা নুংঙাইতে। (কোয়লৈ লৈদুনা য়েংই) ঐগী অমা থিবা তাই, থৱাই পান্দুনা চৎপা পা অমা। (ভাবনা শারগা মূর্ত্তি অমা শেমগৎলি, মখূৎনা ভাবকী এক্ট তৌই)

মী[১] : (লাউরকই, মনাক্তা চঙশিল্লকই) নঙনা ঐবু মূর্ত্তি অমা শারগা কৌরিবা করিগীনো ?

নুপী : ঐনা ওইহন্নীংবা শক্তম অদু পুথোক্রবদি নঙনা ঐগী ইনাক্তা লাকপা য়ারদগে।

মী[১] : ঐ খঙলে।

নুপী : ঐ নঙবু পাম্মী। (নুপীসিনা জগোইগী মওংদা শাথেক-কয়া তৌই, মী[১] না চোং ফন তৌদুনা মনাক্তা চঙশিল্লী। মখোয় অনী জগোই শাথেক্লা লাক্লা ফানবগী মওং উৎলি। নুপীসিনা মমৈথংদা অরাপ্পদা খূদোম্বী থিন্দোকপদগী নুপাসি চেনখি। মতমসিদা লাইট ঙান্না থাল্লি, অরুম্বা পোৎ অমা মী[১] না মরেংজুমদা পুরকপগী মওং উৎলি। নুপীসিগী মনাক্তা থম্বগী মওংসু তৌই, নুপীসিনা মঙোন্দা মুন্না য়েংই। মী[১] সি হৌগৎখিদুনা খরা চৎথোকখি। করিগুম্বা অমা খুল্লুবগী মওংদা চঙলক্কুনা মনাক্তা অমুক ফম্মী অদুগা মখূৎনা চৈ অশাংবা অমা ইৎপগী মওং তৌই। নুপীসিনা মঙোন্দা মুন্না য়েংই। মী[১] সি হৌগত্তুনা য়াম্না শান্না লংবগী এক্ট তৌই)

মী[১] : য়েংউ, মসিনা ঐখোয় অনীগী পাঙ্গল ওইদুনা হিংবা ঙমগনি।

নুপী : মদু লৈরদি ফরে। (মী[১] না খূলাই ওইন্নবা মথং মথং ইৎলি)

মী[১] : অরাক অরাকপা মসিনা লেংদুনা হাৎকে, চিঞ্জাক ওইদুনা পাঙ্গল হাপসি। (ৱারী শান্নরিঙৈদা, নুপীসিনা খূদোম্বী থিন্দুনা হায়রকই)

নুপী : লাকইবা ময়ামসে হাৎলু।

মী[১] : (হৌগৎলগা মথং মথং লংই)!

নুপী : (নোক্লগা) ঐখোয় খূত্তগী অমত্তা নাম্ভোকপা ঙমদ্রে।

মী[১] : (লাউই) লোইনা শিরে, ময়ামসি ঐখোয়গী চিঞ্জাক ওইগদবনি।

নুপী : হিংনা শাহিং চারকপা ফনা কুইরে, হাওনা চাব য়ান্নবা উপায় অমা য়েংসি, য়াওল অমা চৎহনখ্রসি।
(ৱাখল তৌমীন্নে, মী[১] না ফুক হৌগৎলগা নূং মচা অনীথক খুল্লুই)

মী[১] : মসি থবক তৌগে য়েংউ।
(মী[১] না নূং অনী মখূৎনা পায়রগা তকই, মৈ ফরং ফরং হৌরকই। মখোয়নী হরাউনা নোকই, মতমসিদা নুপীসিনা হৌগৎলগা করি করিনো খুল্লুরগা মনাক্তা পুল্লপ তাশিন্দুনা থম্মী, মী[১] না তাশিল্লীদুদা নূং অনীদু থাংজিল্লগা তকনৈ, মৈ হৌদুনা চাকখৎলকপগী মওংদা মখোয় অনী তিকই। নুপীসিনা মী[১] দা অশিবা ময়ামদু য়াইদুনা চাসি হায়বগী ইনগীৎ পী, মী[১] সি হৌগত্তুনা অশিবা ময়ামদু মথং মথং চিঙশিনবগী মওং তৌই, অদুগা মখোয়নী য়াইদুনা চাবগী এক্ট তৌই)

মী[২] : ঐঙোন্দা কনামত্তনা করিসু তৌবা ঙমদ্রে, ঐদি ইনীং তমলে।

মী[১] : (ঙক্লা) হৌখ্রবা মমাঙগী থৌদোক কয়া ঐনা নীংশিংলুরিবসি করিগীনো? ফৈ, ঐনা নঙোন্দা করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রবসু ঐগী ইহুৎ শীনবা মমি অমদি থেংনহল্লগে। (লাউরকই) ষণ ওল্লবা মী নঙনা ঐগী ইতেং অমুক্তা পাংবীয়ু।

ষণগী মী : (থোরক্কুনা) মাবু ঐনা শোয়দনা হাৎলগনি, কদাই তান্না চেনবগে য়েংগে। (ঙহাক তান্নে, ফঙই। মী[১] না ষণগী মীসি ফুদৎলগা চোং ফন তৌদুনা লৈ, মদু উবদা লিনগী মী অমুক থোরকই)

লিনগী মী : মানা ঙমখ্রবা, মখোয়শিং অসিবুসু মরোল থোকহন্দবা মখৈ পূন্দুনা থমগে খল্লিবা (নোকই)।

মী[১] : নখোয় লোইনমক্কী নথৌনা ঐ য়েংগে, থোরকউ। লাও, নখোয়না ঐবু ঙল্লগা হাৎলু, হন্দক্তি নখোয় অমত্তা খাক্তনা লোইশিল্লগে।

লিনগী মী : ৱাজাও ঙাঙলিবা নঙ, ঐগী খূত্তা নথৱাইদু থারদবনি হায়বসে খঙজবা ঙমদ্রে। ঐঙোন্দগী নাছোক্লবা হোৎনৌ, ঐগা থেংনবদি নঙ য়াম্না শোল্লি।

মী[২] : (নোক্কুনা) নঙ নমং থিজরক্লবনি।

লিনগী মী : নথৌনা লৈরবদি ইনাক্তা চঙশিল্লকউ, ঐদি মফমসিদগী লেঙলোই। (মী² চঙশিল্লকই, মখোয় অনী মুক্লা শান্নে। অনীরক মী² না ঙমদুনা লিনগী মী লৈমায়দা তাদুনা লৈ, মী² য়েংলগা নোকই, হঙোইগী মী অমুক থোরকই)

হঙোইগী মী : ঐদি নঙগুম্বা কয়া য়োক্তুনা হিংলিবা জীবনি। নঙনা ঐঙোন্দা চঙশিল্লকপদি ব্রাগনি খঙউ, লেম্মা ঐগী ইফমদা চঙজবনা নথব্রাই মচাদু হিংবা ঙমগনি।

মী² : পীক্লীবা নশাদুগা, ঙাঙলকইবা ব্রাঙাঙ অদুগা নঙনা ঐবু ঙমগনি ’সিনিনে? ফৈ ঐগী খূৎসিনা নঙবু চিঙদুনা নকোক ঙাওহনগে। (মনাক্তা চঙশিল্লি, হঙোইনা চোং চোংদুনা মী² বু নমশিন্নবা হোৎনৈ, মী² না হঙোইগী খূদাং পায়দুনা চিঙই, হঙোই লাউরকই)

হঙোইগী মী : লোইনমক চেল্লো, মাবু ঐখোয়না মায়থিবা পীবা খরা ব্রাগদৌরে।

নুপী : (তূদুনা লৈরিবা মানা লাউরকই) অমত্তনা মাবু মায়থিবা পীবা ঙমলোই, পূল্লপ পুনশিন্দুনা নখোয় নখোয়গী কোক চুংশিন্নরো, মাবু হাৎননবা থৌরাং শেম শাদুনা লৈয়ু।

কাকফৈগী মী : হৈবোঙ মনুংসিদগী ঐনা মপান থোক্ত্রিমখৈদি নখোয়না কৈদৌঙৈদা মায়পাকপা ঙমলোই।

মী¹ : ঐনা নঙবু ফাদুনা থল্লীবসে, মখোয় ময়াম মথৌরি চরম মেৎননবগীনি। মথং মথং লোইশিল্লবা মতূংদা নঙবু ঐনা থাদোকপীগনি।

হঙোইগী মী : ইউন খোক্ত্রিবা জীব ওইবনা পাঙ্গল য়াওদবনি, নুংশিৎ নুংশা ফঙদ্রিবা কূয়োম অমগী মনুংদগী নৌনা থোরকপগী হৌনবী পাঙ্গল শোনবনি।

ষণগী মী : ঐদি ইমৈ য়াওদবনা পাঙ্গল ফুদোকপা ঙমদবনি।

লিনগী মী : ঐগী খূৎ অনী অসি মশা লোংলম্লবদি কৈসু নত্তে।

মী² : নখোয়না ঙাঙনবা ঐ হৌজিক্তি খঙলে, ঐ তূমিন্না লৈবা য়াদ্রে। ঐগী খূৎসিনা থিন থিন্দুনা নুমিৎ মশীং খঙদবা মখৈ, উতূপ তাবগুম নখোয়বু লৈহনখ্রগে।

কাকফৈগী মী : (লাউরকই) ঙাইখো, ঐগী ইথৌনা অমত্তসু য়েংখো! অশোনবা, হৈবোঙ মনুংদা লৈবা তিল ঐগীসু করি তৌবা ঙম্বগেদো খঙজখো!

মী² : মালেমসিদা লৈরিবা জীবশিংনা মখূৎ লোংলিবা, তিংথোক্লীবা খূৎশাশিংগী মতৌ নঙদি তম্বসু ঙমলোই, নঙোন্দা করিমত্তা য়াওদে!

কাকফৈগী মী : কুয়োমগী মপান্দা ঐনা লৈরম্লবদি লোইনা উগনি, ফাজিন পূনশিনবীদুনা মতম অশুক কুইবসি থম্বীরমদ্রবদি খূৎশাসু পাল্লনি।

মী² : নমিৎসু পান্দবা, ননাসু শিংদবা নঙনা, কুয়োমগী লানবু মায়য়োক্লগে খনবদি নতিক নত্তে, হৈবোঙ মনুংদা মতম কয়া লৈখিবা তাবনি।

হঙোইগী মী

লিনগী মী

ষণগী মী : (পূন্না লাউরকই) মাবু ফাজিন্দুনা থমখিনু, মপাল থোকহল্লু, চাংয়েং য়েংনৌ?

মী² : (নোকই) উপায় লৈত্রবা নখোয়না মাগী মতেং অমুকসু লৌনীংলি।

লিনগী মী : মতেং লৌররোই, ঐ নুংশিৎ হায়বদুগী মতৌদু ওহ্নোক্লগে য়েংউ। (মতৌ খরা তম্মী)।

ষণগী মী : ঐনা জীবশিং অসিবু মথোং অমত্তা চাহন্দনা লোইনা মাঙহল্লগে।

হঙোইগী মী : নখোয় অনীনা মদু তৌবা য়ারোই।

নুপী : (কপ্লগা হায়রকই) ঐ ওক্তবী ওইবা ঙমলোই, 'সিমসু খঙউ। ঐদি জীব শেম্বনি, ঐগী হকচাংনা চাউথোরক্ত্রিঙৈদি নখোয় নথৱাই পান্দুনা নশাগী ৱাখল খল্লকপা ঙমলোই, ঐবু মীরাইগনু।

মী² : হৌজিক্তি ঐনা নখোয় ময়ামগী মপু হায়দু ওইরবনি, ঐনা য়াদবা অমত্তা তৌবা য়াররোই, ননীং তম্বসু য়াররোই। (মখোয়দা য়েংলগা নোকই)

মী¹ : (শাওনা) মপু নত্তনা মপু শাবা নঙবু ঐনা কৈদৌগে য়েংউ।

মী² : ঐগী ইফমদা করিসু তৌবা ঙমদ্রবা নঙনা করিনো তৌরক্কদৌরিসি?

মী¹ : (খল্লি) ঐখোয় পূনশিল্লবদি মায় পাকপা ঙমগনি, হৌজিক কৈদৌসিগে?

কাকফৈগী মী : (হৌগৎলগা লাউই) ঐখোয় অমত্তা ওইগদবনি।

ময়াম : (পূন্না) ঐখোয় পূন্না হিংমীন্নগদবনি। ঐখোয় মরক্তা নত্তবা লমচৎ চৎলকপদুদি থম্বা চুমদে, থমগনুসি।

মী১ : ঈশ্বরনা চপ মান্ননা শেল্লকই, পীকপা চাউবদি জীবদুগী মখা পোনবনি।

মী২ : ঐবু হাৎনবগী নখোয়না পোরম য়াৎলবসু ঐদি খঙদ, উদবা লৈতবা অরিবা যুগতগী অনৌবা যুগ কয়া কয়া ফাওবা শেন্নদুনা লৈখিগদবা জীব অমনি।

কাকফৈগী মী : খরদমক হিংননবগী লম্বী শেন্বা য়ারোই, হৈবোঙ মনুংদা জীব কয়া কয়া লৈরিসে ফজনা মপাল থোক্লিঙৈদা য়েছোক্লদুনা কনশিন্নখিবা চুমদে (কপ্পী)!

নুপী : লান হৌবা তাই, লান হৌরসি!
(ময়াম্না কোয়তান তান্নদুনা মী২ ফাননবা হোৎনৈ, ষ্টেজগী অকোয়বদা ময়াম তোঙান তোঙানবা মওংদা এক্ট তৌই)

হঙোইগী মী : ঐখোয়গী লৈফমদা অতোপ্পা কাঙলূপ খুন্দাশিল্লকপা য়ারোই।

লিনগী মী : শেৎন-ইন্ননবা, চানবা চিঞ্জাক নখোয়দগী ওইবা য়ারোই।

মী১ : ঐদি শাহিং চাবা তোকলে, ব্রাতূপ-থাঙতেন পায়দুনা অঙম অঙম হাৎনদুনা হিংবা অরিবা যুগকী মী ওইররোই।
(মী১ না মী২ বু তান্নদুনা মখৌরি মেৎলি। অতৈনা চঙশিল্লক্লগা ফুবা, মখূদাং পায়দুনা চিংবা হৌই, কাকফৈগী মী নত্তনা অতৈনা মী২ বু থাংদুনা কোয়পু পুই)

কাকফৈগী মী : মীচঙ শঙ্গা নায়বা, কাঙলূপ খুকন পাঙ্গলবনা মাঙহনগে নীংবা পূম্নমক অরেম্বা তারে হৌজিক্তি।

(মী১, হঙোইগী মী, ষণগী মী, লিনগী মী, নুপী)

ময়াম : (পূন্না লাউই) মীৎ লাওনা পাঙথোক্তুনা মালেম অমগমুক য়ৌব্রা য়েংখিসি, থিরো!

কাকফৈগী মী : ঐদি হৈবোঙ মনুংদা লৈরি, হৌজিক্তি ঐ থোকপা য়ারে। ঐনা লুচিংদুনা মীওইবগী চাওখৎনবা মঙাল অমা পীরনি, চিংনরুন্নু হোৎনবদি কল্লসি।

-: তপ্পা তপ্পা লাইট মমখি :-

(লোইরবা)

## ড্রামা মীকোকশিং

| নুপাদা | চহী |
|---|---|
| ১) তোলহল (লৈকায় অহল) | ৫০ |
| ২) চাউবা (লৈকায় পাখঙ অমা) | ৩৩ |
| ৩) মণি (সখিগী নুপা) | ৪২ |
| ৪) অহলজাও (মণিগা খঙনবা, অহল অমা) | ৬০ |
| ৫) শরত (নহারোল অমা) | ৩০ |

| নুপীদা | |
|---|---|
| ১) সখি (মণিগী নুপী অহল) | ৪০ |
| ২) সুনোলতা (মণিগী নুপী অতোপ্পী) | ৩৮ |
| ৩) থরো (মৈরা পায়বীগী সেক্রেটরী) | ৪৮ |
| ৪) লৈশং (নীশা বন্দগী মেম্বর অমা) | ৩৬ |

অইবা : মুতুৱা তোম্বা
দিরেক্টর : মাইবম রামচরন
শান্নখিবা : এল.দি.এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফালগী আর্টিসশিং

# অহানবা মতাং

মফম ঃ লৈকায়গী ক্লব অমা

মতম ঃ নুমিদাংৱাইরম

(মীয়াম তিন্দুনা লাঙই, নুপা নুপী অরৈবা মখে থোরক্তুনা য়েংনরি, খরনা লাউশিনবসু য়াওই)

ময়াম : নুপা নুপী অনীমক পুথোকখ্রো য়েংনিঙদ্রে! য়েংউনে তৌরিসে, নুপা নুপী অনীমক মমায়সে কল্লিনে, মসিমক্লা তৌ ঙল্লীবনি।

তোলহল : পুলিস্তা কোক শিন্নথোকখ্রসে, কুইনা থল্লগা কৈদৌনদোইনো? ফজবসু নত্তবনিনা লৈকায়সিদা অসিগুম্বা থবকসি ইচল-ইচা, ইচে ইন্দোনশিং অসিগী মমাঙদা উহন্নীংদে, লমদম্নবক্কনি। লৈকায় চেঙ্গনবা, 'সিদা তৌরিসিবু ঐখোয়বু উশিংতবা নংত্রো! হৌজিকসিদা অসিগুম্বা থবকসি ৱারকপীনবা অসুক য়াম্না লৈরবসিদা করিমত্তা কি-লাক্ত্রবজাংলা? মশকশিংসে য়েংলুরগদি চগৎ চগৎ তৌরমগদবা মী ঙাক্তা মাল্লি। নহালদসু মমাঙ লৈকায়দা ইবেমহলগা অহলজাওগা থরোহোয়গী ইমুংদা নাতে চানা লৈরমদে হায়বগী ৱাথোক ওইনরক্তুনা ঙরাংদা লৈকায়সি মৈরা পায়বীগা ৱা লোইশিন্নখিবদা ঙাইরি।

ময়াম : কুইনা থল্লনুসে, ৱা য়াম্নবক্কনি। খবরগী মী অমতং কৌরগা কৈন্যা কংপীরগা চংহনখ্রসি।

চাউবা : মদুনা চুম্মী। নখোয়না নুপা নুপী অনী মরু কোকপনা ওই য়াপোনত্তে, তৌগে হায়রগনা সরক লমজাউদা কোয়পু পুদুনা খোঙ্গোইনবনা হেন্না ফৈ।

লৈশং : মখোয় লমচংসিগী হায়রুরবদি হেন্না তৌবা য়াই। ঐখোয়সু মীনিনা খরদি ঙাকপীরসি! ঐখোয়বু লৈরমদ্রবদি মখোয় অনী মীয়ামসিনা ফু-চৈবদা লৌবা য়াররোইদবনি।

চাউবা : নুপাসু নুপীসু ঐখোয় লৈকায়গী মীদি নত্তে, কদাইদগীনেগে ? লৈকায় চেহুগদবা থবকসিদি তৌহন্দবা চুম্মীনে, থংনবা লৈকায়গী মমাঙদা ঐখোয়বু মী ওইনা লৌনররোই।

লৈশং : অদুনিনে, অঙাং নত্তবদা মখোয়না তৌরিবসিবু!
(ময়াম্মা লাউশিল্লি, কৈন্যা কংলসি। ময়ামগী খোল্লাউদগী খোঙ্গোইনরিবা নুপা নুপী অনীমক অমনা থোরক্লগা ফমহন্দুনা লূহোংবী)

থরো : নখোয় অনী ময়ামসিনা লূহোংবীরবনিনা ফজরেসে ? লৈকায়সিগী নীশাবন্দ, মৈরা পায়বী, ক্লবকী নহারোলনা খোঙ্গোইনরিবসে শাওরু য়াপোনত্তে। নঙ নঙগী নরমচত্তুদগী থোরকইবা থৌওংনি খঙঙু ? নখোয় অনী হৌজিক্তি লৌনা লৈনবদা তাবনি।

মণি
সুনোলতা : (মমায় হনগত্তনা) ঐখোয় অনী থাদোক্লজররোই।

ময়াম : অদু ওইরবদি নখোয় অনীনা হুক্রখিবা চুজাক কবোক্কী লৈ-পরেংদু নঙকশমদগী লৌথোক্লগা পায়দুনা অমুক্তা লৈসিসে।

চাউবা : (ময়ামদা ওনশিল্লগা) খবরগী অঙাং অমা লাক্কীসে অমুক্তা চঙহনা ইনাউ ফোতোদু হয়েংগী খবরদা নীংথিনা হাপ্পীরক্কদবনিকো।

লৈশং : য়ারে য়ারে ঙসিদগী নখোয় অনী লৌনা লৈনরদবনি, থাদোক্লবা য়াদ্রে খঙঙু। মতূংদা করিগুম্বা ঐখোয়না নখোয় অনীগী মরমদা নত্তব পাউ তাবা থোক্লবদি নীশাবন্দ মৈরা পায়বী ঐখোয়না নখোয়দা অহকপ চৈরাক পীরকপদা নশানা য়ানা লৌজগদবনি খঙঙু।

ময়াম : হৌজিক্কী মতমদবু তম্বা ঙমদে, মশা মশাগী সহি লৌহৌ।

চাউবা : (ময়ামদা ওনশিল্লগা) য়ানী য়ানী ঐ লৌজগে, ময়াম পূম্নমক তূমিন্ন লৈবীয়ু। (চঙশিল্লগা চে কলম পুথোক্তুনা) কলমসি পায়য়ু, নশ নশাগী নমিং অমদি লৈফমদু ইরগা ঙসিদগী ঐখোয়'নী লৈনজরে, ইচা ইবা, নুপী অঙাং লৈনা লৈনা ঐখোয়'নীনা মীংয়েং কারন চন্নরুবদগী লৈকায় অসিগী ক্লব, মৈরা পায়বীনা ফাদুনা লূহোংবীরে হায়দুনা ব্রারোলসি ইরগা মখাদা নখোয় অনী সহি তৌগদবনি।

ময়াম : নুপাগীসু মতৃ মচা, নুপীগীসু মপুরোইবা মচাশিং পল্লগা সহি তৌবনা ফগনিনে।

থরো : মদুদি পন্দ্রসু য়ারে, মখোয় অনীমক মচা মব্বা, নুপী অঙাং লৈনবা ঙাক্তনি। মদু অমুক পল্লুবগী থোইনা কান্নবা নত্ত্রে।

ময়াম : (লাউশিল্লকই) হেলমল্লীনে, মরুসু কোকথোকসে।

তোলহল : ময়াম অমুক্তা তূমিন্না লৈবীয়ু, ঐ ব্রা অমা হায়হৌখিগে। ব্রাফমসি শাংদোক্লনুসি ঐখোয়না সহি তৌহল্লীসি পারগা লোইরে, মখা তাবদি রীক্সো অমা ফারগা চৎহনখ্রসি কৈদৌবগে? (তোলহলনা চে লৌরগা পারকই) ইরিবা মরোলসে ঐ অমুক্তা পারক্কে। শ্রীমতি তায়েনজম ওংবী সুনোলতা দেবী ঐসে ঙসিদগী তোংব্রম মণি অসিদা নৌনা যূম্বান্দুনা লৈজরে হায়না ঐ ইশানা য়ানা সহি মখাদা তৌজরি। তোংব্রম মণি ঐসু ঐগী য়ূমদা লৈরিবা নুপী অহলসিগী মথক্তা অতোম্বী ওইনা সুনোলতা অসি লৌশিঞ্জরে হায়না ইশানা য়ানা সহি মখাদা তৌজরি।

লৈশং : ওহ্মোকপনি, ময়ূম ময়ূমগী নুপী অঙাং, মচা মব্বানা থৌদোক অসিবু তারগা করি ওইগদগে? লৈবাকসিদা অসিগুম্বা থৌদোকসিনা নোংমা কাংদঙে থোরকপদগী নুপা ওইরো নুপী ওইরো থাজনীংঙাইসি লৈশিল্লক্ত্রবনি। (নুপা নুপী অনীমক্তা য়েংলুরগা) তৌরিসে ওহ্মোক্লা মমায় কনখ্রেদা, ময়ামসিনা খোঙ্গোইনরিসে মখোয়দা নত্তবগুম থৌ-ব্রা শাদ্রিনে! ইচাশা ক্লবগী অঙাংশিং নখোয় কনানো'মা রীক্সো অমতং ফারুরগা চৎহনখ্রসি ওহ্মোক্লা য়েংনীংখিদ্রে।

চাউবা : মদুনা ফরনি, ঐ রীক্সো কৌরুরগে (থোকখি)।

থরো : নখোয় অনীসে 'খিত্তসু নরু লূকউ, নখোয়না ইকায় খঙমন্দবসিদা ঐখোয়দুম ইকায়রকলে। নখোয়বু পাখঙ লৈশাসু নত্ত্রে, নয়ূমদদি নচা নব্বা, নুপী অঙাং লৈরিবা নখোয় অনীনা চৎলিবা লীচৎসিবু ফজরিব্রনে! নখোয়গুম্বসি লৈবদগী সমাজসিগী নুপী মখৈ ইজ্জৎ লৈখা তাহল্লবনি। নুপা নঙসু অরেম্বা থবক্তদি থৌনা লীংজেল উৎথোক্কেদি হায়দ্রগা ইজ্জৎ লৈখা তাগদবা মীৎয়েংসোমদা নপুক্সিদো কৈসু লৈতনা খলহল্লবনি।

চাউবা : 'খিত্তং হন্দোকপীয়ু রীক্সো অমুক্তা চঙহল্লক্কে। (হোরোন পীদুনা রীক্সো ইনশিল্লকই)

লৈশং : নখোয় অনীমক রীক্সোসিদা কাখৎলো, ময়ামসু হন্দোকপীরো। কাখৎফম খঙলরোই, ঙসাইদগী য়েংলিসি পেনদ্রিব্রো, ময়ামসু হন্নরসি। (রীক্সোদা ওনশিল্লগা) ইবুংঙো রীক্সো ড্রাইভর, পীশুমথোং ফাওবা য়ৌবদা ভরা কয়া লৌগনি।

চাউবা : (মরক থৎনা) সে সে লুপা কুনসি লৌরো, ফিভমসিদা নঙসু অদু অদা থিরনু, মতেং পাংবনি খল্লো।

লৈশং : চৎলো, চৎলো (রীক্সোসু হোরোন খোংদুনা ঈহ্লোকখি)। মৈরা পায়বী নীশা বন্দ ঐখোয় লৈরমদ্রবদি করিনো তৌদোইসে, হৌজিক মতমগী অঙাংশিংদি হায়না তানবা য়াবসু নত্ত্রে।

- ওফ -

# অনীশুবা মতাং

মফম ঃ সখিগী য়ূম

মতম ঃ অয়ূক

(পরপ পরপ কোছোংদগী চঙলক্তুনা সখিবু কৌথোকই)

অহলজাও : সখি, হো সখি, মখোয় ইমুংসিবু কনামত্তা লৈত্রব্রনে, অমুক্তগা কৌদুনা য়েংগে, হো ইবেম্মা সখি।

সখি : কনানো (থোরক্তুনা) ও! খুরা উদবা কুইরেদা, ঐখোয়দসু কয়া লাকখিদ্রেনা। মোরাসিদা লেঙশিল্লু! (মনাক্তগী মোরা চিংথোক্তুনা থাই)

অহলজাও : ঐ ফনা কুইনা নারুবদগী হৌগৎলকপা নুমিৎ মঙানি ফাদ্রি, ঙরাং খবরদা করি করিনো পাউ অমা য়াওরক্লেনা লাকইনি, নখোয়বু খবরগা পা-লাক্ত্রব্রা ?

সখি : খবরসু পারে, পাউসু লোইনা তারে। ঐগীদি মা অমা লৈবা লৈতবগী থোইনবু খন্দ্রেদা! মচাশিংগী নোংমতা খনদ্রবা মীদুনা য়ূমগী নুপী অঙাংবু কমদৌনা খল্লমখিদগে? অতোম্বীদুগা কোয়পাই পাইদুনা লৈজরনি। মখোয়গী খনবীবদা ঐহাকসে ইসু ইকায়, মপাল থোকপা ফাওবা ঙমদ্রে। নহালমখৈ মচাশিংসু মবোকহোয়দা মতম খরা লৈরুবনি, হৌজিক্তি কৌরুরসু মপাগী লীচৎসিদা য়ূমসিদা হনজিন্দুনা লৈনীংদ্রে হায়দুনা লাকও হায়সু য়াখিদ্রে।

অহলজাও : ওছোকপনি মণি অসিনা তৌরকইবা মওংসি, ঐখোয়দি শুকথা হেক থাজদে, চম্না পঙাও ঙাওজবা মী অমা ওইনা উরুবনি।

সখি : মবুক্তা ঙাঙবা, মীতা লূবা মীনা মহেল্লবনি 'খিৎ ফত্তবসু! ঐনা মাগীদমক্তা কয়াম হোৎনরকপগে হায়বসে খুরাদি খঙলোই। মানা

মতম খরা থিকা তৌদুনা ইমুং পূবসিদা ঐখোয়গসে মী ওইনা শিংথাখিদ্রবনি। মানা শেল থোক্তবা মতমদা ঐনা অঙাংশিং লাইরিক তমহনবগী বোই, কলম, টুইসন থাবগী খরচ পূবা ঙম্মনবা করবাব জাৎ জাৎসু তৌখ্রপোৎনি। খন্দুনা য়েংবীয়ু, যূম অমা ওইনা পাল্লবনিনা লৈকায়গী পোৎয়েং-চৈয়েং, থৌদোক-ঝাথোক ময়ামসিগী বার্তোন অমা লাকপদা চত্তবা য়াপোনত্তে, চৎলবদি শেলনি। মদু কদাইদগী লৌরুনি, অদুনা ঙম্ম ঙম্মবা করবার খরা মচৎলবসু ঐবু মানা নুপা ঙাঙনরবনি, মোরে চৎপা মীনা কৈদৌঙৈদা অফবা ওইরোই হায়দুনা খৎনবগা হৌরিবনি। খন্দুনা য়েংউনে খুরা, হৌজিকসিদা করবারগীনেনা মোরেদা নহা অহল খাক্তনা ললোনবা চৎলিসিবু করিনেনা খনগে হায়রিনো। (হৌখিবগী নীংশিংলগা শাওনীংদুনা কন্না কন্না হায়বকই) ঐনা মন্ত্রী রাজেনগীদা অচারম খরা ফঙলদি হায়দুনা মতম খরা চৎলম্বদুসু মানা লান্না পাউথোকপীবদগী ঐ চৎখিদ্রেদনা? হিংননবা হোৎনবদা, থেংনদা য়াদবা পুন্সিসে মখল মথেলগী করবারসু তৌবা তাবনি, নুপা ওইবা মানা তৌগদবা থবক্তা নুপা থোরক্তবদি ঐ কৈদৌবা তাবগে খুরা! মতম পূম্নমক্তা ঐবু ফনা শুকখন খনদে। (নীংশিংলকপা অমুকসু)

মণি : সখি নুমিৎ তারক্লসি ফাওবদা যূমদা হল্লক্কনি খণ্ডদ্রিসিবু নঙনা তৌরিবা করবারসিবু করিনো?

সখি : ইমুং পূবা ঙম্মবগী ইনে সমাগী মতূং ইন্দুনা ফি লল্লোনবা চৎলিবনি।

মণি : নঙ ইনে সমাগা অমুক পূল্লেনে, নঙনা চৎলিবা নীতি অসি ঐ খঙলম্মোই হায়না খনব্রা, নচাশিং, ঐবু থাকপা ঙম্মনবগী নমাদা নঙনা তৌরিবা লীচৎ শাজৎ অদু ঐদি শুকয়া য়ানীংদে। নঙ ওক্তবী নুপী অমদি ওইরেনে, ফৈ নঙসু ঙসিদগী যূমসি থাদোক্তুনা নপামদা চৎখ্রো। নঙনা পূশিল্লকইবা এনশাং-নাপী 'সিফাও ঐদি চাররোই, মসি চারুরগা ঐ পাপ পুনি। (শাওনা) চৎখ্রো চৎলু, ঐনা হায়রিসিদা নঙ থওই ঝাওইদবা তারবদি ননম নাগেদনি।

সখি : ইমুং পূবা ঙম্মনবগী অশুক কন্না হোৎনরিবা ঐবু লান্না পাউথোকপীরগা নঙগী করি তোংজগদৌরিবনো।

মণি : ঐ ব্রা কয়া ঙাঙহনগনু (লাক্তুনা ইল্লি)।

সখি : (কপ্লা কপ্লা) হনু হস্থী নৎত্রিবা ঐনা ইমুং পুরিবসে নাকল অমরোমদদি নঙনা মুন্না খছুফমদি থোকপনি।

মণি : ঙসিদগী হৌনা নঙসে, ঐগী নুপী ওইদ্রবনি খঙউ।

সখি : (শ্বর হোন্দোক্লগা, তপ্লা) খুরা মসিনিদো মানা ঐবু নত্তবদা খন্দুনা ঈছোকপীরিসে।

অহলজাও : নঙনা হোৎনরিবা পূম্নমক অসে মহাক খঙদবদি নত্তে, নুপানিনা নোং-ফাদোকসু মবুক ফাথবা ঙমদবা কান্দগা তাইনফম লৈত্রদুনা নঙোন্দা পঙাঙ ঙাঙজবা হায়দুনি।

সখি : খুরা মাগী মবুক ঐ খঙই, মাগা ঐগা য়ূম্বালদুনা লৈমিন্নরক্লীসে ঙসি ঙরাংদা নত্তে চহী কুনহেন্না হায়রক্লবনি।

অহলজাও : অমবু ওইরবসু নুপা ফত্তে হায়দুনা মাবু নপুরোইবা নত্তে হায়বদি য়াপোনত্তে। নঙনা নবুক্লীং ফাথরগা মখোয়'নীবু কৌশিল্লগা লৈমিন্নবনা হেন্না ফগনি।

সখি : য়ূমসিদদি অতোপ্পী পূশিন্দুনা লৈহনবদি য়ারোই, য়ূম অসি ঐগী ইপাঙ্গল থৌনা ফুদোক্তুনা শাজখিবা ইয়ূমনি। নুপী মাসু করিগী খঙলম্মোই, নুপী অঙাং লৈ খঙনা অতোপ্পী ওইরবদি খরা ব্রাজবা তারেদনা।

অহলজাও : অদুবুদি চুম্মীদা, নঙনা ঙাঙলিবা পূম্নমকসে খেৎনীংঙাই ব্রাফম লৈতে।

সখি : খুরা ঙসি ফাওবদা কনাদসু ঐগী নুপা ফত্তে হায়দুনা ব্রারী শারকপা নত্তে। ইপামগী ইচিল ইপ্পা ফাওবদা মাগী ব্রাফম হৌদোকপদি লাইরদনা মাদবু ঐনা কনখত্তুনা লৈরকপনি।

অহলজাও : তৌবদি মণিসে নঙনা মীরক তিন্নবা কন্না হোৎনগ্রপোৎনি।

সখি : খুরাহোয়সু খঙলিদুনি, ঐ ঙসিদি পেন্দবা য়াম্না লৈ। খুরাদদি তমথোক্কে, কনানা লাল্লি চুম্মেদু হায়য়ুনে।

অহলজাও : (তূমিন লৈ, লমফৈ অমরোমদা পুথোক্তুনা মখা তারকই) খবরদদি কয়া ফজনা হাপ্লক্কে, ফোতোগা কোন্ননা য়াওরকপদুদদি ঐখোয়গী মীনিনা হেকসু নুংঙাইতে।

সখি : মশাগী ইজ্জৎ মচেৎ অমফাও লৈহন্দ্রবনীনা খওলমদবা মশুং-মমান্নবা কয়াসু খবরদগী খওলনি, উরনি। অমুকসু মৈরা পায়বী, নীশাবন্দ, লৈকায়গী ক্লবনা কৈন্যা কৎলি হায়বসি শরা শল্লবনিনা লেমলেদনা ?

অহলজাও : হৌজিক্তি কৈদৌরুদগে।

সখি : ঐনসু খবরদা পাউ অমদি হাপ্লা তারি, মপা শারন্থা মী অমা নুমিৎ হুম্নীগী মমাওদগী থোকখিবদগী হল্লকখিদ্রে হায়দুনা শেংদোকহৌদবা য়াদে, খুরা!

অহলজাও : (সখিগী ব্রাদু তানা) খুরাহোয়দি করি হায়নি, নওগী অপান্থদা তারেদনা, খুরাসু অমুক য়ৌরগে।

সখি : য়ৌবীরো অদুদি নচা লৈজহৌরে।

(অহলজাও থোকখি, লেপ্তুনা লৈহৌই)

- ওফ

# অহুমশুবা মতাং

মফম ঃ ভরাগী যূম অমা
মতম ঃ নুংথিল

(যূমসি কা নায়না মথং মথং লৈ, ভরানি হায়বসি হেক য়েংলকপদা মাল্লি। সুনোলতানা মণিগী মনাক্তুগী চৎথোক্লগা উখোঙ অমদা ঙারগা লৈ, মণিনা চৌক্রি অমদা ফম্লগা ৱারী শারকই)

মণি : সুনোলতা, থাসি ফারক্লগদি কাসি থাদোকপা তারকপনিনা মফম অমমুক য়েংবা তারেনে। ঙরাংদি হাইফেৎ কা অমা য়েংলুবনি, মপুদু লৈরমদবদুদা ৱারীদি শান্নরক্রে।

সুনোলতা : পাওনা বজারগী মচি অদুৱাইদা য়েংগে য়েংঙো, গলি চঙজরসু লৈবগীদমক্তদি থোইনা কাইবা নত্তে।

মণি : লৈববুদি য়াই ভরাদি চাউনি।

সুনোলতা : করি উপায়দি লৈ, লৈরক খুল্লক্তা লৈবা য়াদ্রবনিনা মীনা খঙলোই উরোইদবা মফমদা লৈবা তাবনি। সে খল্লুরনু, ঐগী য়াওরক্লীবা লীকসিগা লৈসিগা কায়থোক্লগা মতম খরদি লেলনবা তারেদনা। উপায় লৈতা লৈরক্তগা নোংমগী হাজিরা শুরগা হিংননবা হোৎনবা তাবনি।

মণি : হোয়দা, থোক্লবা লাক্লনি।

সুনোলতা : নঙনা পায়রিবা খবরদু অমুক্তা য়েংগে পীরকউ। করিবু য়াওরি পাউনো?

মণি : (পী) য়েংউ, নচে অহলদুনা শেংদোরকপা পাউ অমা য়াওরিবনি। ঐসে মাঙখ্রে, যূমদা হঞ্জীল্লকখিদ্রে হায়না হাপ্লু হাপ্লকই।

সুনোলতা : মাগীদো ইচম চম্মা হাপতোরকপা পাউদি ওইরমলোই। নঙ ঐগী অনৌবা যূম্বালসিদা ক্রেক চৎলক্লবনি। হৌজিক্তি ঐ ইপামদসু, ইচাগী মনাক্তসু চঙবা য়াদ্রবনিনা নঙগা কায়নদনবা হোৎনবা তাবনি।

মণি : ঐ খঙই, মীওইবা হায়বসে ঐ ঐনা তৌজরুবা মহৈগী ফলদুনা মহৈ ফঙলক্লা কান্দা জ্ঞান তারকই।

সুনোলতা নুপাদি নুপানি, নুপী ঐখোয়দি মীনা করি হায়নরমগনি।

মণি (ঙহাক রাখল তৌরগা) ঐসে খোঙফম হন্দোকপা য়াদবগী তৌরবনি, নঙগী খল্লগদি নুংঙাইতবসু ফাওরিবনি।

সুনোলতা ঐনা ইরাং তৌরুবদগী থোকইবা থবক্তী। ঐগী নুপাদুদি ঐবু য়াম্না লূনা তৌবনি। কয়াসু মোং হাদে, নীশাসু অমত্তা শিজন্নদে। নুপী অঙাংদা নত্তবা মীংয়েং অমত্তা য়েংদবনি। থবক্তী য়াদ্রদুনা তমেংলোংদা পোষ্টিং লৈখ্রিঙৈদুদা ঐনা অয়ূক খূদিং গোবিন্দ কারিবনি হায়দুনা চৎপদগী থোরকইবা থবক্তী, হৌজিক্তি ঐগী ইচাশিংদো মপান্দা লোইনা থাজিন্দুনা মহৈ তমহনখ্রে হায়, য়ূম অদুনা শো লোনশিল্লগা থল্লমানে, মহাক্লা পোষ্টিং মফমদুদা লৈখ্রে। (নুংঙাইতবা উৎলি) ঐনা তৌরিবসি করিনো ঐ ভাব তাদ্রে, ঐ ইপুরোইবগী মফমদদি চৎহৈদ্রবা লীচৎতি চৎলবনি। মহাক্তী মফমদা অচৌবা পাপ অমসু লংশিল্লবনি (কপ্পী)।

মণি : তোকও, ঐ নঙোন্দা লানখ্রে।

সনোলতা : নুপাদি নুপানি, নুপী ঐননি! ফনা নুপানা ইরাং হৌসনু নুপী ঐখোয়না মীৎ ঙাওরুদ্রদি, চীনফেন ফরুদ্রদি কনানা করি তৌবা ঙমগনি, রাখল থেল্লুবা ঐতনা ইমং অনী শুজনবা খূজিল থৌরাংলুবনি।

মণি : খঙদে ঐসু অয়ূক খূদিং হিদাক থকপা চৎলিঙৈদা গোবিন্দগী গেত্তুদা হেক হেক থেংনবদগী মরী নঙগা লৈনরকপনি, ঐখোয় অনীমক ইরালদি লৈনরি।

# মরিশুবা মতাং

মফম ঃ হোতেল

মতম ঃ অয়ূক (পূং তরারোম তারকপা)

(হোতেল অমা ওইবগী ইরাং লাওই, অমুকসু বজার ময়াদা লৈবগী মীনীলনা অমনা কৌবা অমনা তানদে। মরকসিদা মণি হোতেলসিদা চঙলকই)

চাউবা : ও ননাউ, মমাঙগী রুম নম্বর ফোরদা চা স্পেশয়েল মরিগা চাননবা সিংহারা মরিগা পীয়ু। হে নাওচা, অদা লৈরিবা মীশিংদু কৌশিল্লুনে! টেবলগদু নীংথিনা তৈথোক নাম্ছোক্কুনা থম্মু। মী চঙলকপদা ঙাঙহনগনু (অরাঙবা ঈশৈ অমসু থারি তপ্লপ্লা)।

মণি : (মরকসিদা চঙলকই) লৈরিসিবু হোতেলসিগী মপু ওইরিদ্রা? মেনেজরসু মাল্লি, মসিদা হংগদবসি ইদি ইকায়। ঐঙোন্দা কৈন্যা কৎখিবদু মাসু য়াওবনি। খঙলসু খঙদ্রবসু হংদি হংলগে, ফজনা হায়রক তাক্লক্ত্রদি ঐসে ইদি ইকায়নি (ঙহাক খল্লি)। উপায় লৈতবগী মসিনা খরা ফগদ্রা হায়দুনা তৌবনি, রীক্সো থৌরগেসু পাঙ্গলদি য়াওদে, মীগী যূম শাব য়াওরসেসু অয়ূক পূং মাপলদগী নুংথিল পূং মরি ফাওবা শুবদুদি ঐগী ফিভমসিনা ঙমলোই। হোতেলসিদা ওইরবদি মচি মরুমদা শুগদৌবনিনা খরা ফগদ্রা খন্দুনা তৌবনি।

চাউবা : হো মীস্ত্রি (হৌনা কৌবা), গুল্লাগা লালমোহনগদু শাবা লোইরবদি পুথোরকলোনে।

মণি : (মরক থৎনা) করিগুম্বা অমত্তা হংজগে, হোতেল মপু ওইবীরব্রা?

চাউবা : তাকপীয়ু! (খঙখিবগুম) ঐ শোম্বু শক খঙখ্রে। নোংমা ঐখোয় ক্লবতা ময়াম চঙদুনা কৈন্যা কৎখিবদু শোম নৎত্রনে।

মণি : (ইকায়রপ্লা) মানি, ঐ শোম থেংনবদা ইকায়জরিবনি।

চাউবা : ব্লারৌবীনু, করি হায়বীগদবনো ?

মণি : ঐ উপায় লৈত্রদুনা থবক হেক্তা থিজরক্লবনি, য়ারবদি হোতেলসিগী পুজারিগা লৌগদবা লৈরবদি ঐ খরা য়াওজগে হায়দুনা হংজবা লাকপনি ।

চাউবা : লৌগদবদি লৈবনি, অদু অহলশিংগা মরোল হৌদোক্লবা নৎত্রগদি ঐনা হায়বা ঙমদ্রে, অমুক্তংগা হয়েংসি চৎথোকপীরকখো মদুদা মরোল খঙনরসি ।

মণি : ইনাউনা উপায় অমা তৌবীদুনা য়ান্নবা হোৎনবীদবা য়াদে, ঐ ইকায় ইকি ব্লাংমা লান্না ইনাউগী নফমদা হায়জরবনি ।

চাউবা : (ঙহাক খল্লগা) ফরে ঐ য়ান্নবা তৌরগে ! (কিচল্লোমদা ওনশিল্লগা), হো নাওচা চা অমত্তা 'সিদা পুরকউ ।

মণি : ইয়াম্বগী ওইরদি তৌবীরুরনু য়ারে ।

চাউবা : চা অমত্তা থকখিসি কৈদৌগে, ঙসিদি ঐখোয়সু হোতেল ফন্নীনেনা চরাং খোয়রাংনরে, ঙসাই পূং নিপাল তারকপা অদুব্লাইদা বজারগী শামু মখোঙ ময়াদা বোম ফুল্লম্মী হায়দুনা মী চখোক চৎশিন তৌহন্দবদা নত্তনা ফনা কুইনসু দুকান খুদিংমক থোঙ থিংহল্লুরবনি । ইমা ইবেন পোৎফম ফন্নী ময়ামসু কাইদুনা ফনা চিক্লুরবনি । সিনেমা হোলশিংসু সো উৎলুদ্রবনি ।

মণি : মদুনরা খঙদে, নাগ-মপাল পরেং অসিদি হৌজিকসু দুকান হাংনহৌদবা য়াওরি ।

চাউবা : অঙাংনা পুরকইবা চাসি অমুক্তা পায়বীয়ু ! চৌক্রীসিদা ঙহাক ফল্লগা থকপীয়ুসে, ঐ মনুংদা অমুক্তা চঙজরুখিগে । (চঙখি)

মণি : ফনি । (চা থক্লা থক্লা মীয়াম চেন্নরকপা উবদা পাখৎনা) থোঙসে অমুক্তা থিংজিনসে ? (কন্না) (মীয়াম কাইনা চেন্নবগী মখোল তাই, হোতেল মনুংদা ফমদুনা লৈরিবশিংনা "থিংজিল্লু থিংজিল্লু" লাউরকই, হোতেল বোই নাওচানা থোঙ থিংজিল্লী)

চাউবা : (কিচন্দগী থোরক্তুনা) হন্দক মরকসি লৈবাক ইরাং য়াম্লা হৌদোরি, মচি মচি খুদিংগী পাউনা জাৎ জাৎকী তারিবা । নহালদি বস পার্কিং

ময়াদা ষণ ব্রাইনবদা বজার কাই হায়নরিনি। খঙদ্রেনে তৌদোরিসে, শ্বর হোনবা ফাওবা য়াদ্রেকো! ময়াম নুংশা থিবীগনু, ঐ থোঙ মচি অমতং হাংদোক্তুনা অমুক্তা য়েংগে। (য়েংই) কৈসু তৌদ্রমানেদা, ময়ামসু হাংদোক্লরে। (থোঙ চিংখৎলি, লম্বী চৎপা মী অমদা চাউবনা হংই) কৈদৌবগীনেগে হৌজিক্কীদুবো?

লম্বী চৎপা : সাইকল লাকপা মী অমা সিফাইশিংনা তান্নবগীনে হায়নৈ।

মণি : ইনাউ অদুদি ইয়াম্বসু য়ৌরগে, হয়েংসি শোয়দনা লাকচরগে।

চাউবা : হোয়, হোয়! অয়ূক পূং তরেৎ অদুব্রাইদা হেক লেঙথোকপীরকও!

মণি : ফনি।

(মণি থোকখি, হোতেলসি থারিবা ঈশৈনা নীলহৌই)

- ওফ -

# মঙাশুবা মতাং

মফম ঃ লম্বী

মতম ঃ নুমিদাংৱাইরম

(মণি হিদাকসু খরা চিংলকই, ৱাখল নুংঙাইনা হল্লকই)

মণি : ঐ ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইবে, ঙাওচৎননা লৈগদৌ শরুকপুদি হোতেলগী পুজারি ওইববসু থবক ফঙলবনিনা সুনোলতাগা ঐখোয়'নী চাবদি কোন্নরনি। মাগী ঐনা লোইশিনবীখ্রবা লীক-লৈশিংদুদি খবা তপ্না শাবীবগা লোইরে, ফিভম খবা ফবক্লবা কান্দা শাবীবা হায়দুনি। ৱাখলসি নুংঙাইমনখ্রদুনা ঙসিদি খুলদা হায়জিল্লগা পৱা অহুম চনবী অমসু লোইশিল্লক্লবনি। ঙসিদি ফজনসু পেল্লে, অথিংবা অমা লৈনা থকপসিসু হেন্না মহাও লৈবোই নীংই। (নীশা খরা পানখৎলকপগী মওংদা) কনানো ঐবু ফাবীগদবা? ঙসিদি ঐ ঙাওরবনি নীশা থিংবা নখোয়গা ৱারী শান্নসি থোরকউ। হৈস, হৌজিক্তা নীশাসি পানখৎলকইনে। অফবা হাযবসি অতৈগা লম্বা ইয়া য়াদেসে, অশুক ফগ্রবা ঐখোয় মণিপুরগী হিদাকসি নীংথিজনা শুংহন্দুনা ইনকম লাক্ল বা হোৎনবীগে হায়দেনে থিংবরোমদা চখখ্রে। (হায়বং-হায়রং চৎলি, খরা লাপ্তক্লা অহলজাও লাকই)

অহলজাও : আদ হায়রং-হায়রং চৎলিসিবু মণি নত্ত্রনে? ফিভমসু য়াম্না শোকচিল্লেনে। অমুক্তা কৌগে? (কৌই) হো ইবুংঙো মণি, নং অমুক্তা ঙাইখোনে। নঙগী খুরা অহলজাও কাওরব্রো?

মণি : (লৈথোরক্লগা) এ, খুরা অহলজাওনিনে! ঐগী মহৌশাগী অহল লমন, মরুপ মপাংশিং উননীংদ্রদুনা ঐনদি থৈদুনা চৎলি। উননী হেক খনবদা ঐসে থবক চৎথোকপা ফাওবা চনীঙ তাদ্রবনি।

অহলজাও : ইবুংঙো নঙবু হৌজিক কদাইদা লৈরবগে?

মণি : খুরা কোইচেন চেন্দুনা লৈবা নত্তগদি করি উপায় লৈ।

অহলজাও : নঙসু দশা হায়দুনি, খবরদা করি করিনো য়াওরকপদুদদি খুরাসু পৃঙক ঙকউরে। অদুবু ইবেম্মা সখিগী ব্রাতাদগী খুরাসু মখা তাব ঙমদ্রদুনা অদুম হল্লকএ। ঐদি নঙনা নুপীগা লোনগনি, অদুমায়নগা নুপীগা মরী লৈনরমগনি হায়বসি শুংথা হেক থাজদে।

মণি : খুরা য়াম্না ইকায়বা ব্রানীদা! ইচীনসিনা হায়দোকপা ফাওবা ইকায়জরে। অদুবু খুরা, নুপী হায়বসিনা পঙলবদি হৌজিকসিদা জাৎ জাৎকী থৌদোক্তি য়াম্না তারকখিনি। হন্দক থোকখিবা থৌদোকসে থোক্লমদবা য়াবনি, নুমিত্তো ঐসু গোবীন্দগী গেৎ অদুদা মাবু হেক ঙায়রুরে, মহাক্না লাই খুরুম্মুরগা থোরকপদুদা থেংনদুনা ঐখোয়'নী ব্রারী শানা শানা নোকপগা, কেনা কেননা লাকপদুনা লৈমাগী হোতেলদা চঙলগা চাগা থকমীন্নরুরে। হোতেলদুদি মখোয় গোবীন্দ কাব কাবী ময়ামগী পোত্থাফম ওইবা জগা ওইরে। ঐখোয়'নীনা তৌরি মতৌদুদা নুংঙাইতবা য়াওব্রা করিনো, শুম থোকউ হায়বদুনা কদোমদগীনো নীশাবন্দ, মৈরা পায়বী, ক্লবকী নহারোল ময়াম অমা চঙলত্তুনা ঐখোয় অনীবু পুরগা মখোয় ক্লবতুদা কৈন্যা কৎপনি।

অহলজাও : থোকহন্নীংদবা কয়া থোকখ্রবসু হৌজিক্তি লৈবাকসিদা মসিগুম্বা থৌদোকসি তোয়না তারিবনিনা করিগীসু ইকায়গদৌরিনো! থোকখ্রদি থোকখ্রেদনা, হৌজিক্তি যুমদা হঞ্জীন্দুনা লৈবনা হেন্না ফৈনে। সখিসু অদুক হাক্লা ফত্তবা নুপীদি নত্তে। নঙগীদমক্তা ব্রাজরক্লবী নুপীনি, নঙনা নুংঙাইতবগুম মাসু নুংঙাইবা হৌনদে। নঙবু নচা-মখৈদু পুক্সিগী ওইনা কাউথোকপা ঙম্লদ্রনে।

মণি : (শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা) খঙদ্রেদা খুরা, মীনা ঐবু মী অমা ওইনা হায়নরমদৌবা মান্দ্রে। তশেংনা হেক্তা হায়রবদা খবরদা চৈরাক পীবগী কলম অমত্তং য়াওরকপদা ঐ তূমিন্না লৈবা ঙমদে। নাকল অমরোমদসু খৃৎলাই পায়বা মীওইশিংনা নঙনা তৌরিদু করিনো হায়রদ্রা খল্লুবদসু ইশাসি শ্বাই শ্বাই লাওরিপোৎনি।

অহলজাও : হেরা মীওইবা কনানা মিংচৎ থিহন্নীংবা থবক তৌগদগে? লাইবক্তা নঙগা মাগা শুম থোক্তুনা থুংনৌ তন্নম্বননী।

মণি : খুরাবু কদাই চৎপীরুবনো ?

অহলজাও : ঐনা হান্না য়াওরম্বা থবক মফমদুদা চৎলুবনি। থা ৪-৫ গী মমাঙদ ঐনা থবক শুখিবগী শেল মচিৎ খরা মখোয়দা লৈহৌবনি, মঢ় পীথোকপীরো ঐ খরা ব্বারে হায়রুবনি।

মণি : হৌজিক্তি কদাইদা শুরিগে ?

অহলজাও : থবক শুফম লৈতদুনা পোখারে, নঙগী খুরানা মীকন নত্তবনিনা মীত্রি অমত্তনসু পামদ্রবনি। মী কৌবনিনা চাদবদি য়াদে, অঙাং মখৈসু মনীঃ থুংদ্রবনি, নন্দোলদুনা মরী মতাগী হোতেল অমদা খরা খরা য়াওব চৎলি। নোংমগী লুপা হুস্ফুতরাদি খাইবীরকই মসিনা ইমুং পূরি হায়দুনি।

মণি : ঐসু ফিভম তাদ্রে।

অহলজাও : ঐখোয়গী ফমফমদো, নঙ হেক য়াওদবা নুমিত্তগী কয়াসু ইপূন পুন্নদ্রে নোংমা ফাদোক্কা ঐখোয় মরি-মঙাগা তিন্নবা নুমিত্তদি নঙগী ব্বারীগ হৌদোরকই।

মণি : খুরা, ঐগা নোংমা থেংনরম্মী হায়দুনা ব্বারীগদি শাবীরুনু।

অহলজাও : ঐ খঙই কৈদৌগে, সোমো, নিমাইহোয়দি মোরেদা পোষ্টিং তাখিবদগী থোকসু থোরক্রুমানে।

মণি : মখোয় মখোয়গী নুপীনা নোংমা ঐঙোন্দা ব্বারী তৌরকপদি মোরেদব চৎখ্রবদি ময়ূমদা হল্লকনি খঙদে হায়হৌই। উৎলৈ পারৈ তৌদুন মোবেদা লৈননবা ঙাঙ-শকমানে।

অহলজাও : খঙদেদা, মোরেগী শক্তিসি য়াম্না লৈ-মানে। মীনা হায়নবদবু মোরেগী লাইদি মতমগী লাইরেম্বীনি হায়নে। মোরেদা চৎপু চৎখ্রবা হল্লকনদে হায়বসিমদি হায়নরে। (মণি, অহলজাও লেপ্লগা ব্বারী শারম্বদগী মণিন নুমিৎ তাশিল্লকপা য়েংলগা অমুক হায়রকই)

মণি : খুরা নুমিৎসু তাশিল্লক্লে, হন্নরসি! ঐ চুরুপ লৈগেবু শেল য়াওরকপ মখৈসু লোইশিনখ্রে।

অহলজাও : চুরুপকী ওইরদি য়ারেনে, নঙ চিংগেসু ঐঙোন্দা অমা'নীদি য়াওরি।

মণি : য়ারে য়ারে।

অহলজাও : অদুদি খুরাসু হায়দোকখ্রগে।

মণি : ফনি, ঐ নোংমা খুরাহোয়দা চখোরক্কে।

অহলজাও : কোয়থোরকউ কোয়থোরকউ।

(লম্বী হাইদোক্লদুনা চৎনখি)

ওফ -

# তরুকশুবা মতাং

মফম ঃ ভরাগী য়ুম অমা

মতম ঃ নুমিদাং

(মণি ঈশৈ ঙংলদুনা ময়ূমদা হঞ্জিল্লকই)

সুনোলতা : (মণিগী খোঞ্জেল তারগা) নুপানেনা তৌরিসি ভাব তানা ঙাঙনবগা য়াপোনত্তে, নৌবিঙৈদদি খরা ফবন্মী। হৌজিক্লা মরৌ অমা তৌরক্লে, করিনুংগীনো ঐনা থাকচরুবিবা লাংসি!

মণি : (খোল ফাইনা ফাইনা কৌরকই) সুনোলতা, সুনোলতা নঙবু তারব্রো? থোঙ অমুক্তা হাংদোবকউনে।

সুনোলতা : মসিদা শিখ্রবদি ঐ ব্রাই শংলনি! (নুংশিদনা) মসি নুপাসি ওহ্নোক্লা নুংশিবোইদৌরি। শিবু শিখ্রবদি ঐ শান্তী ফঙলনি। নুপা অমনেনা লৈবগী কৈদৌনদোইনো? শেল খবা থোক্লে হায়না তৌরিসিসু পৃশিল্লক্তবা হৌরেনে। (মণিনা থোঙ থিঞ্জিল্লকই, সুনোলতানা চঙশিল্লগা খুল্লকই) হো তারে, তারে! ইবুংঙো নুংশিবা থোঙ হাংদোকচবগে। (হাংদোকই)

মণি : নঙনা হৌজিক হাযরকপা ব্রাদুদি থম্মোয়সে পেখ্রবকইকো।

সুনোলতা : (হৈনদনা) উং, ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্কনু! য়ূনম্না পুকসি মথক মখা ওল্লে। (ইমুংদা চঙলকই, মণিসু থোঙ ঙাশিল্লগা চঙলকই)

মণি : চাক্তি থোংলবা নত্ত্রা?

সুনোলত : থোংদ্রে।

মণি : (শাওনা) ঐ চবা হেনবা ঙল্লোই, নঙনা থোংগদবনি।

সুনোলতা : হকচাং ঙমদদুনা লৈবা ঐবু চাক থোংগদৌবিবনিনে! নুমিৎ নীনি ফমুংদা কুন্দুনা চাদ থক্তবা মখৈ লৈরবা ঐবু লায়েংবগী মহুত্তা নঙগী সেবাগীদমক ঐহাক চাক থোংবা তারেনে?

মণি : থোংদদি!

সুনোলতা : নঙগী নচীলমক্তুনা হায়ববু ঙস্মীনে। অনাবা ঐবু কমদৌরগা খরা থুনা ফগৎনবা মাইবা, ডাক্তর য়েংসিরা হায়গেদি হায়দ্রগা, নঙগী সেবাদি তৌহন্নীংই।

মণি : ঐনা নঙ লৌরিসে সেবা তৌহন্নবগী লৌরিবনি মসি খঙউ।

সুনোলতা : (শাওনা) নঙগী মওংসিদি শিরা-ফাওবদা হন্না য়েংবগী ৱা লৈতেনে।

মণি : (শাওরংননা) লৈতে লৈতে।

সুনোলতা : অদু ওইরবদি হৌজিক্তি নুমিদাংনিনা ফত্ত্রে, হয়েং অয়ূক ঙস্তা কদাইদনো'মা ঐ চৎখিবা তারে।

মণি : ঐগী অয়াবা য়াওদনা নঙ চৎপা য়ারোই। মফম চাদনগা মচি অমদা কোক শিদুনা লৈরম্মো, ঐ দশা তারোইদ্রা?

সুনোলতা : মদুদি খঙব্রা?

মণি : নঙগীদি অরাইবনি, ঐনা কিবদি মখোয় খরদুগী ৱানী।

সুনোলতা : মদু ওইরবদি ঐদি হেক্তা খবরদা হাপতোক্তুনা ঐবু ওৎপী নৈবীরে হায়গদবনি।

মণি : অদুদি নঙনা তৌনীংবা থবক তৌরুরো, মপুরোইবনা মাগী নুপীবু ৱারক্তুনা ফু চৈবদা থিংবীগদবা কনানো? হৌজিক কনা চোংথোরকপগে ঐ য়েংগে। (ফুগদবগী চঙশিল্লি)

সুনোলতা : নঙ চঙশিলজরক্কনু, ঐ হকচাং ঙমদবনি নঙ খঙউ।

মণি : (চঙশিল্লগা খূবাক্লা মনঙ্গলদা অমুক্তং শেৎ লাওনা থাই, সুনোলতানা 'ঐ শিরে' লাউরকই, কপ্পী) নঙ হৌজিক্তি খঙলব্রা? ঐগী ইথক্তা নচীলদু খুন্নকখোবা, চাকসু থোংদবা ঙমব্রা য়েংগে।

সুনোলতা : (কপ্লা) ইশাগী ইজ্জৎ লৈখা তাখিবসিদা অমুক্কা থৌদোক অসি থোকহন্নীংদ্রদুনা তৌবনি। নত্তবদি নঙ খঙগদবনি।

মণি : নঙ লৌরুবদগী নত্ত্রো ঐসু ইনীং তম্না চৎপা ঙমদ্রিবসে?

সুনোলতা : নঙনা ঐবু নমিৎ-ও, ননা-ও, খত্তুনা নুংতিগী গোবীন্দগী গেত্তা তোইখিবদুনা ঐগী থম্মোয়সে ইবুক ওলহনখিবা নৎত্ত্রো! ঐনা হেক্তা নঙগী ননাক্তা লাকপ্রনে?

মণি : ঐ তানীংদেকো মখা তারক্কনু! নঙগীসু নরাল চাওনা লৈরিবনি নঙ খঙজদ্রমানে, লম্বীগী অচৎ অওক কয়া'মদা ঙাওগেদি হায়দ্রগা, নঙনা ঐবু থেংনবা খুদিংগী মুন্না য়েংলিবু করিগীনো? মদুগী অর্থ করিনো? খুল্লকউনে, কান্নদে ব্রা মখা তাননুসি, ব্রা য়াম্না লৈ। নঙ ঐ ময়াম্না কৈন্যা কৎপীদুনা লৌনা লৈনহল্লেদনা, মসিদগী নঙনা করি অমুক মখা তাহন্নীংলি।

সুনোলতা : নখূৎ চল্লবনিনা হৌজিক্তি ঐনা লাল্লনিয়ে।

মণি : হে-রা, নঙসে ঐ য়াম্না হৈনরোইদৌরি! খোয়দৌসি লংখৎলক্কুনা পোৎ-চৈগা লোইনা থুগাইরক্কনি মসিমদি খঙজৌ।

সুনোলতা : ঙল্লগা তৌরোদনা, য়েংবা তারে।

মণি : (পোৎ-চৈ লংখাইরকই) অমত্তা থমদ্রগা লোইরে।

সুনোলতা : থুগাইয়ু, অমত্তা থমগনু! য়াম্না ব্রানা ঐগী লীক-লৈ কাইথোক্লগা লৈখিবা কোল-লিক, উপুদু থুগাইয়ু! অমত্তা লৈত্রগা কমদৌগে য়েংগে।

মণি : নচীন্দু কল্লবদি মসি মঙাই।

সুনোলতা : ঐদা নত্তে ব্রাগদৌরিসে নঙসু য়াওগদৌরিনি।

(ব্রা ঙাঙনদে তূমিন্না লৈ)

- ওফ -

# তরেৎশুবা মতাং

মফম ঃ ভরাগী য়ূম অমা

মতম ঃ অয়ূক

(মণি ইমূংদগী থোরক্লগা মাঙ্গোলদা ফমদুনা ৱাখল তৌই, সখি চঙলকপা উবদা হৌগত্তুনা ইমূংদা চঙগে তৌই। সখিনা ঙাইখো হায়জিল্লকপদুদা মমায় লৈথোরক্লগা তপ্লপ্লা খুল্লকই)

সখি : মোই বাবা, অমুক্তা ঙাইবীখো ইমূংদা চঙখিনু!

মণি : নঙ লাকইরা, নঙদি 'সিদা কৈদৌনা লাকইবা! ঐ য়ূমদা লাক্কে অদুগা ৱারী শান্নরসি, চৎশ্রো।

সখি : ঐবু 'সিদা চঙহন্নীংলোই ঐ খঙই, অদুবু নখোয়গা ৱারী অমুক্তং শাব পামদুনা ঐ লাক্লীবনি। নঙগী নুপী অতোম্বীদু কদাইদা লৈশ্রে, কৌথোরকউ! মাগসু অমুক্তা ঐ ৱারী শাগে?

মণি : মাগা করি ৱারী শাগে হায়রিনো? ঐসে নখোয় অনীগী নুপানি, নঙসু নচাশিংদুগা য়ূমদা মরৈয়ু।

সখি : (শাওরক্তুনা) নঙনা তানদ্রবসু ঐ চৎকনি। ঐনা লাক্লীসে মরম য়াম্না লৈ, নঙগী নুপী অতোম্বীদা নত্তে নঙগসু অরেপ্পা ৱা'মা খঙনরগা ঐ থবক তৌগে লাকইবনি। মপা অমা ওইবগী তৌফম থোকপা নথৌদি তৌদ্রগা, অতোম্বী অমা লৌরগা ভরাসিদা নখোয়'নী য়ূম্বাল অনৌবী শাদুনা কেনরিনে, ফৈ ফৈ। নুপী অমা লৌববু করিগী ফাগী ওইনা লৌরিবনো। নখোয়না মীগী ভরা অমদা ঐ খঙদনবা হায়দুনা তৌরিসিবু কয়াম কুইনা লৈবা য়াগদগে? ঐগী কনা লৈরম্মোই হায়দুনা নখোয় অনীগী ৱাখলদা কৈসু লৈতনা খল্লবগী ৱারা! নোংমা-নীনিসু লোয়নরম্মু, ঐ করি হায়গদগে? নখোয় অনীমক নুপী অঙাং, নচা নৱা লৈনরিবনা খোঙফম অসি হন্দোক্লরক্কদ্রা হায়দুনা অশুক কুইবসি য়েংলকপনি, নখোয় অনীদি মীয়াম্না লূহোংবীরে হায়দুনা য়ূম্বাল্লীনিনে, (শাওনা, খোল কল্লপ্লা কৌই) হায় নুপী অতোম্বী, নথৌনা লৈরদি থোরকউ, নশক্তু ঐ অমুক্তা য়েংগে।

সুনোলতা : (থোরক্কুনা) ঐ তাগেনা তাবনি, মফমসিদা ৱাকাই তৌবীরনু । নঙগী নুপাসে মমিৎ য়াম্বনা ঙসিদি নুপী লোল্লেদো, নঙ কৈদৌগে হায়রিনো ? নঙগী হক্তি আদ লৈহৌরিবা য়ূমদুগী মপু ওইগদবনি, ঐনা নমাঙদা লেপ্লীবা নুপাসিগী মপু ওইবা 'সিদনি খঙউ ।

সখি : ওহোক্লা মীঙমখ্রেদা, নুপা নঙনা মসিগী ৱাসি হায়বা ঙমহল্লিবনিদো !

মণি : নখোয়'নীগী ৱাসে ঐগী ইনাদা করিগুম্বা অমত্তা হাপ্তে । নখোয় ঐগী নুপী ঙাক্তা ওইরবনিনা ঐনা হায়বা ইনবা তাবনি । সখি নঙসু নচাশিংদুগা করি করিনো উপায় য়েংদুনা হিংবা ঙম্মবা খরা হোৎনরো ? সুনোলতা নঙসু মীগা মীমান্নবা ঙম্মবা কন্না হোৎনবা তাবনি । ঐগী ৱাদি 'সিদগী ৱা মখা তানীংঙাই লৈতে ।

সখি : নচাশিংদো হৌজিক্তি ঐনা থাকপা ঙমদ্রে, মতম'মদদি ইমূং পুবা ঙম্ম নবা হায়দুনা করবার খরা খরা চৎপবু লমচৎ চুমদবনি হায়খিবদাই, হৌজিক্তি শেহোক য়াম্না লৈবগী মতিক ইমুংগী ভার পুম্নমক ঙম্লনি হায়দুনা নুপীগা লোনশিল্লবা নত্রো, ঐসু ফমজা চারনি । থাক্তবা য়াব্রা যেংগে,ঙমলোইদবা লৈরগদি ঐবু ইপামদা থিন্দুনা ৱা লোইথোক্লুবাও !

মণি : ঙাইখোনে, তপ্না ঙাঙনসি ! মসি ভরানি, থংনবা য়ূমলোন কৈরোন্নবা তাশ্রগা নোক্লবনিনে, য়ূম্মুসিনসু তারগা করি খন্নি ।

সখি : ঐদি লোন্না থুপ্না ঙাঙলোই, মী তাননবা ঙাঙখিবা তারি ।

সুনোলতা : ৱা-ঙাঙবদা চুম্না চুম্না ঙাঙনসি, ঐবুসু পর্কাশিনবীরক্কনু অদুগী মহুত্তা লেঙবীখিবনা হেন্না ফগনি ।

সখি : হো শকহেনবী অতোম্বী, নবমচত্তুননিনে ঐনা ঙাঙলরিসে ! হে নুপা নঙগা ৱাবী শান্নগদবা য়াম্না লৈ, মফমসিদদি ঐ ইকায় য়ূমদুদা চৎসি লাও ।

মণি : ঐ লাক্কে, নঙ চৎলো ।

সখি : হেক লাক্তবা থোক্লবদি ঐনা তৌরকপা থবক্তা নঙ করি ওইরক্কে খঙউ । হে অতোম্বী হন্দক্তি নঙগীসু নগুণ য়েংবা তারেদনা (চৎখি) ।

সুনোলতা : মাগুম্বনা ঐঙোন্দবু করি তৌজরদোইনো (ইমূংদা চঙখি) ।

মণি : নুপী লোনব্রা হায়ববু ঐ মাথা শারক্কদৌরি । (মণিনা মাঙ্গোলদা ফম্লীঙৈদো শকখঙদবা মী অমা চঙলকই)

শরত : করিগুম্বা অমত্তা হংজগে ?

মণি : করি ওইরবনো।

শরত : য়ূমসি মণি হায়বদুগী ওইরব্রা।

মণি : মানি, ঐ ইশামক্লী করি হায়বীগদবা ?

শরত : ঐ লাঙ্গোল ময়াদগীনি, ইয়াম্বগা ব্রারী অমতং শাজনীংদুনা লাকচবনি। ইমূংদা কনা কনা লৈবীগে ?

মণি : নতৈমদি লৈ।

শরত : য়াম্না নুংঙাইরে, ইয়াম্ববু ঐনা থিজরকপা কুইরবনি। অতৈগী নত্তেদা, তামোসে হান্না করি থবক তৌবীরম্বগে, নুপী অঙাং শুনা লৈবীরিকো ?

মণি : ইবুংঙোগী ব্রাহংসি ঐবু ইচিং চিংনৈ, (পাখৎনা) ইবুংঙোবু কনানো ?

শরত : চিংনবীনু, ইংনা তপ্না শুম ব্রারী শাসি।

মণি : ইবুংঙোগী শক অমুক্তা তাকপীয়ু কৈদৌগে।

শরত : তামো ঐ, ময়াম্না হায়নবদুনি।

মণি : (পাখৎনা) ইবুংঙো ঐনা লানখিবা য়াওরসু ঙাকপীয়ুকো, মতূংদা ঐনা চুমথোকচনবগী তাঞ্জা পীবীদুনা অহকপা চৈরাক্তদি পীবীগনু।

শরত : হোয়নে হোয়নে, ঐনা হায়রিসে অমুক্তদি খুম্বীয়ু, ইমুংদা লৈ হায়রিবা ইতৈমা অসিগী মমিংনা করি কৌবগে ?

মণি : ইমূংদা লৈরিসে ঐগী নুপী অতোম্বীনে, মমিংনা সুনোলতা কৌই। ঐ সরকারগী থবক্তি তৌজহৌদ্রে, ঐগী নুপী অঙাং থাকপা ঙম্লনবা থিকা মচা মশু খরদি তৌজরম্মী।

শরত : (মরক থৎনা) অদুনদি তামোগী ইমূংসি ইতৈমা অহলদুনা খরা খরসু পূই হায়বদা কাইদেকো।

মণি : মানা অয়াম্বা ইমূংদি পুরবনি।

শরত : ইতৈমদুগী অব্রাবদা মতেং পাংবীগেদি হায়দ্রগা তামোনা নুপী অমগা অমুক থিজিনবীরিসিবু য়াম্না চুম্লীব্রা ?

মণি : ইবুংঙোগী ব্রাসি খরা হেনমন্দ্রা, নুপী লোনবা নুপাবু য়াম্না লান্না খনবসু চুমলোই।

শরত : ফরে অদুদি, ইতৈমা অনীগী ব্রা অমুক্তগা তাখিবা তারি। ঙসিগীদি হনখ্রগে, ঐ অমুক লাকচখিনি।

মণি : (শাওনা) ইবুংঙো ঐনা নুপী লোনবদা নখোয়না য়েংশিনগদবা নত্তে, ঐ মীচেলসু নত্তে। হৌজিকসু হায়রিসিনি ঐনা অপাম্বা নুপী খন্দুনা তরেৎলক লোল্লবসু য়েংশিনবীগদবা জগৎসিদা পোক্ত্রি।

শরত : তামোনা ইশাখক্তগী খনবীখ্রমানে, সমাজ অমা ইচাউ চাউনা লৈ হায়বসে কাউথোকপীবা চুমদে। নোংমা নোংমগী খবরদা লৈকায় অদুগী ক্লব নত্তগা নীশা বন্দ, মৈরা পায়বী মীওইশিং অদুনা মফম অদুদগী ফারগা কৈন্যা কৎলম্মী, অমুকসু ব্বারক ব্বাতেমদুনা খোঙ্গাইনবগী পাউ তত্তনা থেংনবীরমগনি খঞে। পুম্নমকসে লৈখা তারগদৌবা খুনাই অমবু চুমথোক্লনবগী হোৎনরকপা ফিরেপমক্তনি, ঐখোয়দগী অত্ততাই নত্তে। অদুম ওইনমক সমাজ অমগী চৎনবী ব্বাংমদা কা হেন্না চৎলক্লবা মীওইশিংদুদি দন্দি পীদবা য়াদবনি। মনুং মতম চানা ব্বারক ব্বাতেমহৌদ্রগদি মীওইবা খুনাইসে শাগী লীচৎ চৎলক্তুনা শা লোইনা ওনখ্রগনি।

মণি : ইবুংঙো মখা তাবীরনু, ঐ খঙলে, থিন্দোকচরগে লেঙবীরসি। (মণিনা নুপাসি থিন্দোকই, শরতনা চৎনা মখা তারকই)

শরত : ঙসিদি তামোগী ব্বাঙাঙ-শঙাঙ মুন্না খঙজরে। তামোগী থৌনা অসি কদাই ফাওবা লৈবগে খঙজবা তারেদনা।
(নোংমৈ পুথোক্তুনা অহুম্লক কাপশিল্লম্লগা থুনা চৎখি, মণি ব্বা ঙাঙবা ঙমদনা লৈমায়দা তৃখি। নোংমৈ মখোলদুদা সুনোলতা ইমূংদগী চেঙ্খোরকই, মণিনা লৈমায়দা লোংনা তূরগা মকোক্তা অমদি মথবাক্তা ঈ থোক্তুনা লৈবদু উবদা পাখত্তুনা চেনশিল্লি, ম্শা পায়দুনা নোম্মী, খুমদবদুদা কপ্পগা হায়রকই)

সুনোলতা : করিনো তৌবীরল্লীবা মতৌসে, মখোয় তামো, (হৌনা) কনা কনা লৈগে ঐগী ইপুরোইববু শকখঙদবা মীওই অমা চঙলক্লগা নোংমৈনা কাপ্পম্মে। (কপ্তুনা) নঙনা চৎখ্রবদি ঐদি কুমদৌনা হিংহৌগনি।

তপ্পা তপ্পা যিজিং চিংশিল্লকই।

- (লোইরবা)





পোকপা ঃ খৃষ্ট-কুম ১৯৫৯ ইং,
কৈশামপাৎ মুতুম লৈবক, ইম্ফাল
মহৈ ঃ মণিপুরী গ্রেজুযেট

১) মণিপুর এক্সীলেন্স ষ্টেট এৱার্দ ১৯৯১ ইং
২) ফার্ষ্ট ভি. ফি. কমপিটিসন এণ্ড ওপনিং স্পেশিয়েল ষ্টেট এৱার্দ ১৯৯৩ ইং
৩) ভাবত এক্সীলেন্স নেসনেল এৱার্দ ১৯৯৯ ইং
৪) ভাবত গৌবভ নেসনেল এৱার্দ ২০০০ ইং
৫) নোর্ট ইষ্টর্ন প্লে-বাইট এবার্দ ২০০১ ইং
৬) ডাঃ অমবেদকব ফেল্লোশিপ এণ্ড নেসনেল এৱার্দ ২০০১ ইং
৭) দিপার্টমেন্ট ওফ কলচব, নিউ দিল্লীগী সেনিযাব ফেল্লোশিপ ইং ২০০১ ০২গী মনা
৮) সাহিত্য পট্টা, ২০০৩ ইং (দিপার্টমেন্ট ওফ কলচব)

১/২) নুর্ংশি মৈচাক (উপন্যাস '৮০/৮১), ৩) হিংনদবা (ড্রামা '৮১), ৪) হিংনবদা পুন্সি (ড্রামা '৮২), ৫) সুবর্গী ঈশৈ (ঈশৈ '৮২), ৬) নোংলৈ নুংশৎ (ঈশৈ '৮৩), ৭) নাকেল্লবা পামেল (কাব্য '৮৪), ৮) কখোকপা (ড্রামা '৮৪), ৯) মুর্ত্তি মমি (ড্রামা '৮৫), ১০) খোঙগুলগী মমি (ড্রামা '৮৫), ১১) পোৎলুম পুবা (ৱারীমচা '৯১), ১২) শক্তম তবেৎ (খোর্মজিনবা ড্রামা মচাশিং '৯২), ১৩) শক্তম মাপল (খোমজিনবা ড্রামা মচাশিং '৯২), ১৪) সমার্জসিগী বাকৎ লীশিং লীশির্ংনি (শৈবেং '৯৪), ১৫) নোংলৈ নুর্ংশৎ (খোর্মজিনবা ঈশৈ '৯৫), ১৬) সনা লৈবাক (ড্রামা '৯৬), ১৭) হৈবোঙ মনুংগী িতল (ড্রামা অহুম পূনবা, ২০০০), ১৮) কিছুববা শম্বুল (ড্রামা '০১), ১৯) থম্মোযসু নুং ওল্লি (শৈবেং '০২), ২০) থৱাম্মিচাক লীশিংলক্তা (ঈশৈ '০৩), ২১) অচোযবা লৈচল (ৱাবেং '০৪), ২২) ইম্ফাল সহবদি খোঙ লোল্লে (উপন্যাস '০৫), ২৩) মৈখেৎ মক অহুম (ৱারীমচা '০৬) মণিপুরী কোমিক্তা ১/২/৩ ইপু কৈ ওইবা ('৯৪/৯৫/ '০৬, অপূনবা)।